# গণেশ বায়ু সংবাদ

## ( বায়ু পুরাণ )

ইরবা

শ্রীক্ষেত্রি মতুম সিংহ
( ব্রাব্রী নৌবা )

মমল লুপা ২.৮০

কোংদোকচবা

শ্রীক্ষেত্রি ইবোবী সিংহ



১বা নম্বা

শোক ১৯৬৮

কোপী ১০০০

নম্কম : সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

# য়ারেঙ অমত্তং

শ্রীশ্রীব্যাস দেবনা শ্লোকাবলিদা ইবিরম্বদগী শ্রীসঙ্করাচার্য্যনা পচ্ছগী মওংদা অমুক ইথোকপিরম্নবা গণেশ বায়ু শংবাদ (বায়ু পুরাণ) অসিবু করিস্নু খণ্ডক্রবা ঐনা অঙম্বা উপাই খরদং পুথোকচন্থনা মৈতৈলোন্দা ফোঙগে হোংনজ্জরুবদা Education Dept. (Govt. of Manipur) না শেলগী মতেং অমদি সরস্বতী প্রিন্টিং য়ার্কসনা অঙম্বা উপায় তৌবিরক্কুনা লাইরিকসি ফোঙদোকচবসিদা ঐগী নিংবা থুংবগী ভমথৈ লৈতনা হয়াওজ্জবগা লোয়ননা অরান অচুই য়াওয়বস্নু, অখণ্ড অহৈ কয়ানা, য়ারৌবিরোই অমদি লাই-রিকসি অমুক্তং পাবিন্থনা চুমথোকপিরক্কনি অমস্নুং মৈতৈ সাহিত্যবু চাওখৎহনবিগনি হায়না আশা তৌজৈ।

অইবা

ক্ষেত্রি মতুম সিংহ

য়েংবিগদবা :—লেখক অসিগী "জগনাথ নিরূপন" স্নু ফোং-জরে। "কাব্যগী লিলা মচা" অমস্নুং লাইরিকসিগী লেমহৌবা শরুকস্নু থুনা ফোংজরগনি।

# গণেশ বায়ু সংবাদ

( বায়ু পুরাণ আদি পর্ব্ব )

নোংমগী মুমিত্তা মায়কৈ ঙাকপা লাই, লাইশা শামু কুন-ক্ললবা, মুংশিং নিংথৌনা শ্রী গণপতি গণেশ দেবদা নোল্লুক্লা হঙ্গংচৈ—"গণপতি ! কৃপা তৌবিত্তুনা ননাইগী অরাবা কোকপিয়ু। লাইরবদসু থম থেংলে, ইমিত্তা ইচাশু উদবে, মতৌদি মায়কৈ ঙাকপা লাইনি হায়না ময়াম্না ইকায় খুম্নবিরি। করম্বা সাধন তৌরপা ননাইগী অম্রাবা কোক্কদগে, ইচা ধারা পানগদগে"? মুংশিংকি মম্না তাবদ শ্রী গণপতি গণেশনা চানবিবা য়াথংগা লোয়ননা তাকপিরকই—"তাও ! তাও ! মুংশিং নিংথৌ, লাইররোই ধারা পানগে হায়রবদি বায়ু পুরানগী মহুংচনবা ক্ষান্তিগী য়ারি তাবগা নিংবা খ্বিবিক থুংগনি, ভক্তগী গুণশু খঙগনি, জ্ঞানগী থাওমৈশু ফংগনি"। মুংশিং নিংথৌনা হঙ্গংলি—"গণপতি ! হায়রিবা য়ারী অত্থমক পুক্নিঙ চঙনা তাজরগে, ননাইদা চানবিত্তুনা লৌবিরো"। মুংশিং নিংথৌগী মম্না তাবদা শ্রী গণেশ দেবনা হায়রকই, "তাও তাও মুংশিং নিংথৌ ! তাবদা অম্রাবা খুদিংমক কোক্রগদবা, পুক্নিংগী অমম্বা কোক্তুনা জ্ঞানগী মৈরা ফংলগদবা য়ারীতু নহাক্কী নফমদা লৌরগে পুক্নিঙ চঙনা তাও"।

মমাঙৈঙদা, দ্বাপুর যুগতা ক্ষাবেরী তীর্থগী তোর্ব্বান্দা, সৌমযাগ কৌবা লৈবাক অমা লৈরম্মী। লৈবাক অত্তুগী নিংথৌগী মমিংনা ক্ষান্তিশীল কৌই। মগুণ লৈবা মথৌমা লৈবা

অশিংব নিংথৌনি। কাল যমগুম্বা মচা মুপা তরেৎ পোকই, মথঙশিংনা রুদ্রধজ্জ, গুনাকার, বিমল কেতু, সোম্বন্দ, সাগরসিংহ ধর্ম্ম কেতূ অমসুং বিজয় সিংহ কৌই। অয়াম্বা নিংথৌনা মখোযবু কিদবা যাওদে। মন্ত্রি মরি লৈ মথঙশিংনা ভাসকর, সুমেধা, গুনাকর অনসুং তুর্ব্বলি কৌই। বুদ্ধি বিদ্যাদা শংগোলশেল গুরুগুম চঙখোল্লি। মখোয়শিদ নত্তুনা কৌশিং বিদ্যাদা চংখোল্লবা রত্ন মঙা লৈ মমিংদি—কাযষ্টিক, ব্রহ্মা, কৌলাককি, অমাধন অমসুং অমানিক কৌই। পুম্নমক সমুদ্রগুম গুন লৈ, চীংজাওগুম চীং লেম্মী অত্তুবু অমাধন্না খ্বাইদগী বিদা বুদ্ধি ইহেল হেল্লি।

নোংমদি ক্ষান্তি নিংথৌগী রাজ দরবার ফম্লম্মি। কয়াদি নিঙথিজৈ সভাদো! থাবু থরামিচাক্না কোইবগুম, লাইয়ামগী সভা ময়ায়দা ইন্দ্ররাজনা ঙানবগুম, যক্ষ ময়ামগী মরক্তা কুবেরনা ঙানবগুম, চীং ময়ামগী মরক্তা হিমালয়না নিঙথিবগুম, রাজ দরবার অত্তুগী মযায়দা ক্ষান্তি মহারাজনা ঙাম্মোইরি। দরবারগী মীপুম খুদিংমক মহারাজগী য়াথং তাগদবগী, তুমিন তুমিন, চীং লেম্না লাঙতক্লনা ঙাইনরম্মী। নিংথৌনা গম্ভীর লৈনা তাকপিরকই—তাবিয়ু! প্রজা অমসুং ইচাশিং, মণিরতন্নচিংবা পুম্নমক—ঙসি অহিং নিংথৌ ঐগী মঙদা উপদ্রোপ অমা থোক্লম্মী। লাম্বা ফংদরে ঐনা। খ্বাইমক রাথল তৌবিয়ু! মঙ অত্তুদি অশুম্না মঙলম্মী। —তুমিংকী তেজগুম লংলবা, মকোক্তা জটা পুবা বিভুৎ তৈবা সন্ন্যাসী লম্বোইবা অমা চৈশু পায়রতুনা য়াম্না হরাওনা ঐগী দরবারদা চংলক্লম্মী। মহাক্কী গুন উবদা ঐনা, সিংহাসন্দা কমতুনা লৈথোকপা ঙম্লমদে। হোৌগৎলগা নিংথিবা আসন থাত্তুনা, পাদ্য অর্ঘ পুজা-

তৌরগা থুরুমত্তুনা ঐনা হায়রক্তে—তোঙ্গবা ননাইগী জগাদা করি মরমগীদমক লেঙবিরকপনো? মতমত্তুদা সন্ন্যাসীত্তুনা ঐগী কোক্তা মথুংতু থম্লগা তাকপীরকই—“তাও! তাও! বাপু! নংগী মরমগীদমক্তা অরাপ্পদগী জগা অসি য়ৌরকপনি”। ঐনা হংজে সন্ন্যাসী বাবানা ননাইবু করম্না খঙবিবগে? সন্ন্যাসীনা থুম্মকই—“তাও মহারাজ! ভাস্কর তীর্থদা নঙগা ঐগা উনখিবনি, মতমত্তুদা নঙনা ঐবু অগাও অথুম পেন্না পীজখি; ঐনা—নুংঙাই য়াইফরো, থুংনম চাওরো; হায়না—বর পীখি। হুজিক মহারাজ নুংঙাইরে, নিংথৌওইরে হায়বা তাত্তুনা য়েংলুগে অত্তুগা, অমুক্তা হেন্না নমাম্নবা নিথৌশিংনা ইকায় থুম্নবা, কিনা লুনা থম্নবা য়ারম অমদি নংগী মাঙলক্কদবা মরম কয়া তাক্কে লাকপনি”।

সন্ন্যাসীগী ময়া তাবদা ঐনা থুম্মি—ঐভাব ত্তাজরে। সন্ন্যাসীগী বয়দগী নিংথৌ মচানুপী ভানুমুখি ফংজরে, স্বয়ারেলগুম্বা ইচা-নুপা তরেৎ, ইকায় থুম্নবা মন্ত্রী মরি, বিদ্যাবুদ্ধি চঙথোক্লবা রত্ন মঙা লৈজরে। কল্লবা রথি, মীনায় মীশল, ইরল ইথুম মরাং কায়না লৈজরে। মী থুদিংনসু ইন্দ্রগী কোন্নুংবু হেল্লে হায়বিরে। নিংথৌগী ময়া তাবদা সন্ন্যাসীনা হায়—“য়েংঙু য়েংঙু থুদিংদা অরাৎ অপা থোইদোকপা লৈত্রে। অতুম্নদি ওইরগা মহারাজগী নশাদা, তৌহৈদবা থবক, তৌরুবদগী দোষ অমত্তং লৈরে, তুংদা করি থোক্লগবা! কৃষ্ণগী কৃপাদগী ফংঙমত্রবা অয়াম্বা ফংজরে মহারাজনা শিজিন্নবা হৈতত্তুনা মাঙহনবদি কনাগীসু দোষ নত্রে। ঐ প্রমান অমা হায়গে—হরিগী নাকোং নপথীদগী মধু কৈটক পোকই; মমাগী কর্ম্ম ফত্তবদগী মবানিমক অরেম্বদা

মাঙখি। বেদদা মরুওইনা ফোংদোক্লিবসি "জীবগী মরাদি থরাইগ ললগনি। তৌরোইদবনা করিনো অধর্ম্ম নি" অসিনি। শ্রীহরিগী কৃপাদগী ঐবুদি মহারাজনা চাওবা হেল্লে হায়বা য়ারে, অতুম্নদি ওইরগা মহারাজগী নশাদ তৌবিমল খঙদবগী পাপ অমা লৈরে। মতুদি—শেম্বিরকপা ঐবু নঙনা হেক্তা কাওথোক্লে। ঐদি মমা মপানা মচাগী দোষতি লৌবিদবগুম ঐদি করিমত্তা তুংঙাইতবা অমদি অশাওবা লৈতে অতুবু মহারাজ; ফত্তবা থবক্তা মহৈদি মশানা মশাদা শিংজবনি। চেকশিল্লু মহারাজ!! ঙসি—তরেৎনিগী মতুংদা ওইথোক্তবা অমা থোক্লগদৌরি, মতুদা নপুক্লিংতু মিহৌবা অপাম্বা পোকহল্লুগনু। তুমিত্তু ফাওবসি শ্রীহরিবু সেবা তৌজ্ঞৌ, অতিথি সেবা তৌ, গঙ্গা স্নান তৌ। ঙসিদগী তরেৎনিসিবু হৌপ্রবদি অরাবা দশা পুম্না কোক্লগনি।

অতুম তাকপিরম্লগা সন্ন্যাসীতু মাইকৈ খঙদনা মাঙখ্রে। ঐসু মিকপ থোক্লে, পুক্লিংসি য়াম্না ওয়াং তশোয়। করি থোকই প্রজাশা? হায়য়ু হায়য়ু ইচাশা!!

মনাই প্রজা অমনা হঙ্গংলি—মঙগী ব্রানি মহারাজ, স্না পুক্লিং ব্রাবিরুদু। কনা অমনা হঙ্গংলি—ফত্তবা ফলদি চুমগল্লি, মহারাজ! সন্ন্যাসীগী য়াথং মতুংইন্না হরিবু থুরম্বীয়ু। কনানা হায়—চিংনবি-রুদু মহারাজ, ইন্দ্রনবু কিনরবা তেন অমনা মায়কৈ ঙাকপা লাই ফাবা ঙম্লিবা পৃথিবী নিংথৌ কয়াগী চংজফম ওইরিবা, যমবু ঙমজবা নচা ইবুংঙো তরেৎ, হৈশিংলবা মন্ত্রি থিবিক, বুদ্ধি লৌশিং চঙথোল্লবা রত্ন কয়া, অকল অথৌ প্রজা থিবিরা মহারাজগী মতেঙ পাংলিডৈদা করিবু থুদোংঙথীবা থোক্লগদগে।

অমাধমা হঙ্গৎলি—মহারাজ ইবুংঙো তাবিয়ু সন্ন্যাসীগী য়াথং হিক্তোক্লবদি খুদোংথীবা থোক্কনি। মতুগী অরেপ্পা খঙবিগে হায়রবদি, মফমফ্লিদগী অন্নাংদা "নন্দীরাজ" বন্দা দেবল কৌবা মুনি লৈবনি, মুনিতু কৌতুনা হংবিরগা মরোল পুম্বা খঙবিগনি। মনাইগী য়াতু তাবদা নিংথৌন। মচা-মুপা রুদ্রধ্বজ থাতুনা দেবল মুনি কৌহল্লি। মুনিদা মঙগী য়া খুদিংমক নিঙথীনা হঙ্গৎলি। মুনিনা হায়—মুংঙাইরে মহারাজ! য়ারী অমা লীগে তাও! নহানমুক্কী মপোক্তা মহারাজদি বৈশ্য ওইনা পোকই, নমিংদি দেবর্থ কৌই, য়াম্না ইনাক খুল্লি, লম্না কালি কুলি গ্রামদনি। মণবু ব্রাহ্মনবু পুজা তৌতুনা মতম লেল্লি। অতুবু মতমতুদা মহারজগী নশাদা দোষ অনিখক্তং লৈখি। মতুগী য়ারীতু লীগে তাও।

মহারাজগী খুৎমক্তা হৈনৌ পাম্বী অমা থাই, শুমাঙদনি। নিংথিনা কাঙদোং ফারক্লবা মতমদা নহাক্কী মুপীনা—হৈনৌ পাম্বীতু য়ানথংলো, মুংশা লাংদবসিদা ইংথম্বনা শিগদোরে ; অমুম্না তক্তুনা হায়জিল্লক্লবদা নহাক্কা শাওবগা লোইননা, নোংমাইজীঙ মুমিত্তা মশাদগী য়ানম্বনা মরুফাওবা ফুকতৎখি। হৌজিক হৈনৌতু বন্দা হৌতুনা লৈরি, মহারাজদা লম্মন শিঙ্গদবগী, মতম চাবা ঙাইতুনা।

দোষ অমনা—মহারাজনা থবক শুবা মী খরদা মরৈ তৌনা —"তাও তাও নখোয় পুম্নমক, ঐগী ইখোলসে নখোয় ময়াম চঙতুনা তৌরো ঙসি নোংঙাল্লমদাইদা যক্ষ অমা লাক্লম্মী, যক্ষ অতুনা ঐগী ইখোলসি তৌবদা সনা লুপা য়াম্না ফংগদবনি হায়না

চানবীতুনা মপা অকোয়বসি তাকপিরম্মী। ঐ ইধস্তুনদি ঙমদরে। করিগুম্বা লাইতুনা মীনম্বা ওইরম্নবদি ঐবু শাওবীনু অতুগা অওইবা ওইরবদি শরুক অহুম থোক্লগা অনিনা ঐগী ওইজগে, শরুক অমনা ময়াম য়েন্নবিম্বু"। পূথ্রী অমা তৌনিংবদগী লৈকায়গী মীশিংতুদা অস্নুম্না মীনম্বসি ঙাংলম্মী। ময়ামদি তৌবমখৈ তৌরগা ফংজ্রতুনা—ঐখোয়গী লাইবক্লনি, হায়না হন্নখি মহারাজগী পূথ্রী তৌনিংবগী অশাদু শেল অমত্তা তিংদনা পাঙথোক্লম্মী। হৌজিক গ্রাম লোগ খিবিক্লা শক্তি ওইন, পোক্তুনা মহারাজনা মীনমখি-বতুগী লমন থুম্নবা ঙাইতুনা লৈরি। মহারাজনা পুন্য থর তৌরকপদগী নিংথৌ ওইনা পোকপনি অদুবু, নহানমুক্কী মপোক্কী পাপ অনিসিদি মাঙবা য়াদনা লৈরি। মঙদা লেঙলক্লিবা, সন্ন্যাসী নত্তে। মহারাজগী ইষ্টদেব, মহাদেবনা শাতুনা মহারাজবু কৃপা তৌবিগে থন্দুনা লাকপনি। অতুগা ম্নারম অমগা হায়গে—

মহারাজগী স্নানাক্তু—শক্তি অমা লাক্লনি, মতু য়েংলুনু। করিগুবা য়েংলুরবদি মনাক্তদি চঙলুনু, চঙলুরবস্রু মতুং ইন্নবিরুনু। ঙমদতুনা ইন্নরুরবদি—নিংথিনা মহৈ য়াম্লবা ফজরব হৈনৌ পাম্বী অমা থেংনগনি, মতুগী মথক কাবিরুগনু, ঙমদতুনা কাবিরুরবসু চাবিরুগনু। করিগুম্বা মহারাজনা চাবিরুবস্রু। অমদগী তেনবিরুনু য়াম্না থুনাকুমথবিরক্তুনা শঙ্গাইদা লেঙবিরকউ, নম্রবদি অরাবা তাগনি। মঙদা লেঙলরুমবা সন্ন্যাসীতুগী য়াথং কায়বিগনু। অসি হায়রম্লা মুনিগা নিংথৌগা বিদায় তৌনখি। নিংথৌনা ঘোং লিঙ্খত্তুনা পূজা দান্নচিংবা পুম্নমক তৌখি।

রাম সর্ব্বেশ্বরগী মচানিপা শঙ্করাচার্য্যনা পয়ার ওননা লেংবা বায়ু পুরানগী অহানবা মতাং॥ × ॥ ১ ॥ × ॥

অসিগী মতুঙদ শ্রী গণপতি গণেশনা মুংশিং নিংথৌদা হায়রকই, "তাও তাও মুংশিং নিংথৌ ক্ষান্তিশিল নিংথৌগী রারী লৈথরগে"।

নোংমগী মুমিত্তা নিংথৌনা প্রাত স্নান লোইরহুনা সূর্য্য পুজা তৌব লোইহুনা ইবেম্মা মহারাণীশিংগা শঙ্গায় মাঙ্গোন্দা ফমহুনা লৈরিঙ্গৈদা, মুংঙাইনা; সনাগী শজি অমা চঙলক্লে। মচৌনা মনিগুম্বা, মশানা সনা অহিংবা মচু, খুজিন্না সনা ফুদোংবা মচু, মনাকোংনা সনাগী লৈরিকুম নিঙথিজরবা শজিহু মৈতাল অশাবদা নেংপগুম তফিং তফিং চেনশিল্লকই। ময়ামহু মাবু উবদা তথক তথক য়েংই, পুক্লিং লাংতক্লে য়েংবদা অপেনবা পোকই। নিংথৌনা মুনিগী য়াথং নিঙশিঙডি মরু লুকথহুম্মা লৈ য়েংদে। খাঙবা ঙম্লক্তুহুনা অমুক্তদি য়েঙগে হায়না হায়কেত্তং য়েঙডি, নিঙবা থুংদ্রহুনা মনাক্তা চঙহুনা য়েংলে। মহারাণীশিংনা— "সন্ন্যাসীগী অমদি মুনিগী য়াথং কাওবিরবরা" হায়হুনা থামজে, নিংথৌনা চঙশিনখিবনা হেন্দুম্না মহারাণীনা মখাঙদা কোন্দুনা ফাজে। নিংথৌনা হায়—"হে প্রিয়ে! ঐ চংলোয় ভাব তাই লাপ্ন চংলোয় অরেম্বদা ঐবু ফাগনু"। নিংথৌদো "দেবল" মুনিগী রারি পুন্নমক নিংশিংনা—অখাইক্কাওবতং তাম্মোক্লুরগা হেক চঙলক্কে; হায়না খল্লহুনা খুত্তা চৈ মচা অমা পায়হুনা শজিহু তাল্লক্লে। লৈহৌরগে হায়না পুক্লিংদদি খল্লি, খোঙদি খোঙকাপ অহুম মরি থাঙদোকখি। শজিগী মশক্তু শেংনা উবদা খুত্তগী চৈ তাখিবা থঙহৌদে, শজিহু লাম্বা ফজদবোই খল্লি মপাম্বোম তিংথোকই। শজিহুনা খুবোম অমরোদং হেক তথক

তথক হেক চথোকথি। ফাবা ঙমহৌদে। অসুম্না থর থর তান্নরকপনা ফনা লাপ্না চেস্থোক্লবা মতুংদা শক্তিহু লোক্সুং অমদা চেনশিনগ্রে। নিংথৌনা শক্তিহু উদ্রবদা "ঐগী ব্রতগী নিয়ম কায়রে" হায়না সুংশা থীবা পোক্লম্মি। "যুমদা হল্লগে" হায়না খল্লে। অসুম্না থন্দুনা হল্লা হেক য়েংথোরকপদা মরিক চূম্না মহৈ য়াল্লবা মনা পুংনা নিঙথীরবা হৈনৌ পাম্বী অমা উরে।

হৈনৌ পাম্বীহু মপুং মরে ফানা চাওই, য়াম্না নিংথিনা মশা মরেঙ লোঙই। পুংলবা মন অশংবা মবক্তা মা অহিংবা মচু মাল্লবা মহৈশিঙনা মতুম মতুম য়ান্থতনা পাল্লি। শুক সারীনা নীঙথিজৈ, অয়াম্বা উচেক ব্রাযাগা লোযননা; ব্রাহোঙ লাবা অমোম্না মখোঙদা জগোয় শারি। নাকস্ধা পুষ্প্রি অনি লৈ। মহৈশিঙহুনা অশঙবা মনাগা লোয়ননা ঈশীঙ মথক্তা শোক্লিঙ শোকমাঙ য়ান্থহুনা পানবহু অরুবা ঈশীঙদা মমি তারি। থরো থম্বালনা, নামীবা মুঙশীংনা থেংবদা অমগা অমগা ভান থেঙহুনা, হরাওনা; পুষ্পীহু লৈতেঙই। খোইমুশীঙনা "গুন গুন" ঙংলহুনা লৈহি চৃপ্লি। নিংথৌগী পুক্লীঙ হুদবা ঙমদে। নিংথৌ' পুক্লিং তপথৈ, চঙলুরগা অরাবা তাগনি খল্লি। অহুবু "অমুক্তদি য়েঙলগে" হায়না খল্লে, চঙশিল্লে। হৈনৌহু অমথক হেক্লগা হরিদা কংলে মহুবু চাত্রবদি, মহাও থঙন্দ্রবদি পোকপগী মহৈ য়াল্লোইদ বোই থল্লক্লে, চাহুনা য়েঙলে। অমুহুগুম হাওরম্রে, মহারাণীগী অমতং পুবিখিগে হায়না থন্দুনা হেক্লে য়েংবদা খুংনা লাম্বা কংবা অমত্ত লৈরমদহুনা মথক কাখৎলহুনা অমতং হেক্লে, মহাওহু কাওবা মাদহুনা অহুমস্থু চাথোক্লে। মত্তৌ অসুম তৌরিঙৈদা হৈনৌহুদি

পূং থুদিংগী অস্তুম ব্রাওখৎলক্লে, নিংথৌদি খওহৌদে। হৈনৌতুদি কমদৌরি—মহাক্কী ব্রাংবা লোয়রগা অব্রাং পাংনা পাইরক্লে। নিংথৌনা কুমথগে য়েংবদদি পৃথীবী উবা ফংদরে। দীগ বীদীগ থওথিদরে, নিংথৌ থরাই ব্রাখরে।

থোঙ থুং হুমাং কাখরে, খজিক্তং হেক নাম্থোকখিবদা ভাতুনা শিগদৌরিবনি। হা হাকার লাওতুনা প্রেমগী ধরা শিন্থখরে, প্রেমগী ধারা শিন্থতুনা অব্রাবা থোক্লেলনা তেংথাখি। "হে প্রভু! শিবা মহাদেব! ননাইবু চানবিতুনা সন্ন্যাসীগী মশক লৌতুনা ননাইবু চানবিরম্বনি, ননাইগী পাপনা প্রভুগী য়াথংবু থওইহল্লে, দেবল মুনিগী য়াথংবু হিক্লোকহল্লে, অব্রাব ঈপাক্তা তাহল্লে। হায়! হায়! অয়াবনি অফবা বুদ্ধি থাদোক্তুনা ফত্তবা ব্রাখল্দ চৎলুবা ফত্তবা ঐগী কর্ম্মনি হে! প্রান প্রিয়ে ভানুমুখী! মহাক্কা ঐবু হুংশা থীবগা লোয়ননা কয়া খামজখিবা। মতমতুদা মহাক্কী হুওশিরবা থোক্লেলতু ঐগী নাকোংদা কয়া য়াক্কা হুংশিদনা তাখিবা। নঙগী য়াথংবু হুংশিরবি! থোওইদবগী, তারেদো অরা ঈপাক্তা হে চান্নথোইরবী! নঙদি ঐগী ইরাল য়েংদনা হুংশিখিবা ওম্বনি, মীহুংশি চাওথী পুকফবি, ঐগীদমক্তা ব্রাজরবী! নবুংভোনা অব্রাবা তারে হায়বসি থওলিরোয় নঙদি। হল্লকখিনি থন্দুনা ঐনা থোকখিবা মায়বৈদা হুম হুম চিংন চিংন য়েংতুনা হৈরিনি, লাওতক্লা। নঙগীদমক্তা হৈনৌ অমতং হেক্কে হোৎনবদা ফংলিবনিনে অব্রাবসে। ঐনা লৈখিদ্রগা করি ওইহৌবা নংনা, প্রিয়ে!! ঐগী ইন্দ্রগুপ্তবা ইচাশিং, হে রুদ্রধজ, খিমল, শোমবন্ধু, সাগরসিং খিজয়সিং, ধর্ম্মকেতু য়েঙলোলাও ঈপাগী অব্রাবসে।

নখোয় লৈনা লৈন। ইপাবু করিগী অশুক য়াহনবগে? নখুত্তা লীরুও পায়রো, খুৎশু থাও য়ানশিল্লো। করিশু লৈত্রবা উপানসে ইফুন তানা য়াম্বেক্লরো। ইপাদি খুৎলাইশু য়াওদবনা লৈত্রে উপায় করিশু”। অস্নুম্না নিংথৌদো কয়া কয়া তেংথাখি।

অস্নুম পাইরকপনা হৈনৌ পাম্বীহ্নু কৈলাস পর্ব্বত য়ৌরক্লে, চীংথক্তা তারে। নিংথৌশু খুমথহ্নুনা রাখল তৌই—ইতোমতনি, করম্বা জগানো হায়বস্নু খঙদে। খরচশু য়াওদে, লৈনবস্নু লৈতে, খুৎলাইশু য়াওদে করম্না হিঙ্গনি! অস্নুম খন্না খন্না য়েংথোকখিবদা স্বর্গনদী গঙ্গাগী লূরবা ইচেলহ্নু উরক্লে। চঙশিনন্দুনা গঙ্গা স্নান তৌই, হৈথাগোক মনা হেক্লে, লৈ খিরে, হুংদা রক্ত চন্দন তক্তুনা অঙ্গ মার্জ্জন তৌরে। সন্ধা বন্দন তৌরে, শিব মুর্ত্তি লিঙ্খত্তুনা শিব মন্ত্রগা লোয়ননা নিঙথিনা পূজা তৌজরে। প্রেমগী ধারা শিন্থে, তু চূংবগা লোইননা। মতমসিদা শিব মহাদেবনা কৃপা তৌবিরগে খন্দুনা “মহারাজ নমিৎ পাঙথোকউ ঐ শিবনি য়ারহ্নু” অশুম্না চানবিবা য়াথং তাকপিরক্লে।

নিংথৌনা মমিৎ পাংথোক্তুনা—আদি ব্রহ্ম কৌবস্নু ইবুংঙো নহাক্নি, সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়গী য়ায়েনবিরিবস্নু ইবুংঙো পরমেশ্বর কৌবস্নু, পুরুষ কৌবস্নু ইবুংঙো নহাক্নি। পুন্নমক চানবিহৈবা নহাক্না শেম্বনি। বেদান্তিকশিংনা ইবুংঙোবু ব্রহ্মনি হায়রি, ব্রহ্মান্দগী জীব পুম্বা নহাক্কী ইদ্রিগী মচি অমদা লৈবনি। তোল্লবগী মবুংঙো ওইবিবা ননাইনা হন্না হন্না খুরুমজে।

শিবনা তাকপিরকই—য়াকুহ্নু মহারাজ জীব ওইনা পোক্লবদি কর্ম্ম ভোগ চাগদবনি। অহ্নবু নহাক্না ঐবু কাওজবদগী ঐগী

ইনাক য়োরকপনি। কৈলাস পর্ব্বতনি। পিচাস, গৃভ্যকা, ভূচর, ক্ষোর য়াম্না লৈ; অকিবা কোক্লবা ঐনা খুৎলাই পীগনি। অরাম্বা খোরাংবা লৈগনু। ছজিক্তি নহাক্কী লৈপাক্তু য়েক্লবনা মুনগ্রে অঙম অথৌ পুম্বা লাঞ্জেনগ্রে। অতুবু চিংনরুন্থু, নিংথৌ থুবম অমুক হঞ্জিনগনি। মরক্তা অরাবা খর নংগনি, নচা অমা শিগনি মতুগীদমক্তা রারুন্থু। সংসার হায়বসি লেপ্তুবনি, অমুক কায়নবা অমুক তিম্নবা ভাক্তনি। লেঙদবদি হরি ভক্তিতনি। অতৈদি ময়া ভাক্তনি। পুম্নমক ইবুংঙো মানা শেম্বনি, মানা মাঙহনবনি। অসি হায়রগা মনাই অনুচর কৌহুনা খুৎলাই পুহল্লক্লে। অক্ষয় পত্রিকা কৌবা লীরুং, তেন তরা মথং মথংওইনা মৈগী, ঈশীংগী, মুংশিৎকি, উতকী ভেদিবান, ছেদিবান, ওমবাম্নি অমম্বা গন্ধর্ব্ববান, সিলাবান, নিদ্রাবান পীরে। ক্রু ঘূন, য়োংশুক পুম্নমক পীবিরম্লগা শিবা মহাদেবা মাঙগ্রে। নিংথৌ পুক্লিং মুংঙাইজরে।

তাঞ্জাসিমক্তদা কুবেরগী মনাই অনুচর ময়াম থুংলরে। শক্তাদি থিগ্রে—শগোল মকোক পানবা, য়োংকোক পানবা, মায়তা খী ভাক্তা। নিংথৌ ক্ষান্তিগী নিংথিজবা শককম, শুন রুপু উবদা শাওনিংবনা চোংশিন্দুনা নিংথৌগী লাইপক্তা খোঙপাক্লা কাওক্লরে, নিংথৌ জ্ঞান মাঙই। ইরুজরগা মখোয়দি কাগ্রে। নিংথৌ শাওহুনা মথুক্তা খুৎলাই পায়হুনা; তায় তায়হুনা অমমম্ব ওইনা ক্রুর্ম্না মরেম্ফুদা থাহুনা মকোক থুগায়রে। ঈন অরর শিম্বরে, কাঙবু থরনা চেনগ্রে, কুবেরদা থুকয়ুরে। "মাঙলে মাঙলে ইবুংঙো স্নুর্ণনদি মগান্দা মশক খঙদবা মুপা অমনা ঐখোয়বু

ফুরে, লাইবক ফত্তনা ঐখোয় খরদং হিংজহৌই" হায়তুনা তগ্লরে। মনায় মরা তাবদা কুবের শাওতুনা মচা মুপা নল কুবের তেঙ্গোল লোয়ননা লাল তৌরুনবা থাগ্রে। নল কুবের ক্ষান্তিশীল নিংথৌগী মথুক্তা মায়থীতুনা মুর্চ্ছা ওইখি। মনাই খরনা কুবেরদা পাও তাক্লতুনা কুবের তেঙ্গোল ময়ামগা লোয়না লেঙথোরক্লে।

ক্ষান্তি নিংথৌ "দলায়সু য়াওদে; শিবগী কৃপা মঙাইরে" খন্দুনা লীরুং তেম্দোং পোখৎলি, থুংগু থুংলাই চেকশিল্লি। কুবের শিরিবা মীয়ামতু উবদা অচম্বা নত্তে, শিবনা শায়ন তৌতুনা নম্রগা যমনা লিলা য়েংগদবগী শায়োন ওইনা লাক্লবরা খল্লি। কুবেরননা হংই—"মহাশয় নংবু কনানো, করি মরমগী লাকপনো? ক্ষান্তিন' খুম্মী—"তাবিয়ু মহাশয়! ঐদি শিবগী মনাইনি, ননাই-শিংনা খৎনবা হৌবনি। ঐঙোন্দা নাপন তৌবা মীতুদি শোয়দনা মহাংলে; চংজরকপা মীতুগীদমক্তা ঐনা শিবা হন্ম্রা। কুবেরনা নোক্তুনা হায়রকই—"মীওইবা অপঙবা নহাক্না নাপন তৌবা শারিবরা। ধনেশ্বর কুবের হায়বতু মশক খঙদ্রিবরা? কৈলাস ভুবনশি ঐগীনি মমিংনা অলকাপুর কৌই। কোম্নুংশিগী নিংথৌনি শিনিংদ্রবদি চেনজহৌ নম্রগা হায়জরো! অসি হায়রতুনা অথৌবা তেন অমা থাক্তিল্লি ক্ষান্তিদা পান্দুনা মুর্চ্ছা ওই। তেন অমমুক কাপ্তুনা তেঙ্গোল পুম্বা অমুক হিংগৎহল্লি ক্ষান্তি নিংথৌ চেতন ফংতুনা হৌগৎলক্লে।

কুবেরনা হায়-"মহাশয় নংবু কিনা উই চেনগে হাররগা চেলহোরো। ক্ষান্তি নিংথৌনা—"মুংঙাইদা! কুবের অমদি থমথো, কুবের লিশিং লিশিং লাক্তুনা করি তৌরনি। মকু মকোক

পানবা, ওক মকোক পানবা শগোল মকোক পানবা, নাতোনগা লাইপক্কা শম্নবা অমঙ্গল ডাক্তগী মরক্তা নিংথৌ ওইরে হায়হুনা চাওজ্জরি। অসি হায়তুনা নিংথৌনা ভেদিবান থাজিল্লি, কুবেরনা মেহালবান থাজিল্লি, ককপা ভমদে। তেন্না হায়জিল্লক্তুনা কুবেরদা থাই মুচ্ছ'া ওই। জ্ঞান লাক্তুনা কুবেরনা অমুক য়োংশুক পায়তুনা চঙলকই। ক্ষান্তিনা তেন্না ককথংলি। কিন্নর লাক্ষ লাক্ষনা থাঙ পায়তুনা চঙলকই। ক্ষান্তিনা গন্ধর্ব্ব তেন কাপ্তুনা মখোয় মশেল য়ান্নহল্লি। কুবের গদা পায়তুনা ক্ষান্তিগী ক্রুঘুর্নগা হায়নৈ। হাইগংপা হাইথবা মান্নে। ক্ষান্তিনা হেঞ্জিল্লক্তুনা কুবেরগী গদা মথুক্তগী য়ৈথৈ। ক্ষান্তিনা থীক থীক নোক্তুনা—মহাশয় প্রান লোগে হাযববু থুংলাই য়াওদবা মী হাত্তে, ক্ষেত্রি ধর্ম্মনি। কুবের শাওবনা মৈ হৌতুনা লৌরুঙ পায়তুনা মৈগী তেন থায়। য়ুথক তরাগী প্রায় মৈ হৌই। ক্ষান্তিগী নোংগী তেন্না মৈ মুংহল্লি, ঈশীংনা ইন্দ্রপুরফাওবা থুমগংলক্লে।

ইন্দ্রদেব ঐরাবত তোংতুনা লাল লেংথারক্লে। জয়ন্ত অমসুং লাই তেঙ্গোল পুন্নমক তিল্লরে। সনজ্ঞৌংগী নোংপোক্তা ঐরাবত ময়ান থিনগাইতুনা ঈশিং ময়ামতু চেম্থ্রে, কংলে। পাওসি তাবদা মহাদেবনা মনাইবু কৃপা তৌবিরগে খন্দুনা, গণেশ, কার্ত্তিক, নন্দি, ভূত প্রেতশিং, দুর্গাগী মপা ইবুংঙো হিমাবান ভুম্নমক্তা তেঙ্গোল অক্ষাইহিণী তরেংকা লোইনা বৃষভ তোংতুনা লেঙলক্লে। শিবগী কৃপা উবনা ক্ষান্তিনিংথৌ পুক্লিং মুংঙাইদৈ, অস্তুতি তৌনা শিবগী চরন থুকমজে। মহাদেবনা পেনবিরতুনা মক্তবা দলাই অমসুং থুংশু-থুংলই শুনা পিবিরে।

মতাং অশিরাইদা বায়ু পুরানগী অনিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ × ॥২॥ × ॥

শ্রী গণপতি গণেশনা মথাগী রারী লীরকই— মুংশিং নিংথৌ মতুগী লালদা নংগা ঐগা পাবনি। মাতু তাবা মুংশিংন হায়জরকই খভদি খভজে অতুবু গনপতি অমুক হন্না লীবিয়ু। মুংশিংকী মরা তাবদা গণেশনা মথা প্রশঙ্গ লীথরকই:— কুবেরগী মাচভনা ইন্দ্রন-চিংবা লাইয়াম্নি অতুগা ক্ষান্তিশীল নিংথৌগী মচভনা শিব মহাদেবন-চিংবা তেংঙ্গোলনি। ভক্তগী প্রেম্না কনবনা লাইগী পক্ষ থদোক্তুনা ক্ষান্তিগী মায়কৈদা লেপ্নি। মথা রারী লীথরগে তারো তারো মুংশিং নিংথৌ।

তেঙ্গোল অনিমক অহনবা লৈতনা লাল য়ান্নরে। থুংলাইগী খোনজেল অমদি হাংলো কক্লো হায়বা মখোল নত্তনা অতৈ তাদ্রে। কনাগী মখোং ককথংলি, কনাগী মথুং ককথংলি, কনাগী মভক ককথংলি, মীনা তুরেল ওইনা চেল্লে, লমহুই কাক্রা কয়া কয়া নিল্লি। ইন্দ্রগী তেংঙ্গোলনা মশীং য়াম্বা হেনমনবন শিবগী তেংঙ্গোল কোয়শিনখ্রে।

ক্ষান্তিকা নলগা পায়, ক্ষান্তিগা কুবেরগা, যমগা গণেশসকা, হিমাবানগা মুংশিংকা, নন্দিভৃঙ্গিগা বরুনগা…। নলন নারচ থাজিল্লি কার্ত্তিক ভিণ্ডিবান্না ককথংলি। নলন থুরাশান তমশিনতুনা কার্ত্তিকী লীরুভ ককথংলি। কার্ত্তিক লীরুং অমূক লৌতুনা অশাওবগা লোইননা তেন অমত্তনা নলগী শগোল, দলায়, সারথি য়ানথেকই ; য়োংশুক পায়তুনা লংশিল্লি। তেন্নাককথংলি। কার্ত্তিকী অথৌবা তেন অমা নারোন্দা হায়জিল্লক্তুনা নলগী থবাক্তা থাখি, নলবির মুচ্ছা ওইখি।

নন্দিগা বরুনগা গদা যুদ্ধ তৌনৈ। হায়গৎপা হাইথবা মান্নে। য়েত্তা ওইদা ফুক্তিন্নৈ, নন্দিনা হেঞ্জিল্লক্তুনা লেম্ফুদা গদানা থাবদা বরুনদেব ব্রাম্বখি।

হিমাবানগা সুংশিংকা লম্বা তৌই হিমাবান্না জাঠি লংশিল্লি, সুংশিংকী মপুক্তা থাবদা হন্দোরকই। হিমাবন্না লনগী তেন থাজিল্লি, সুঙশিং নিকুমাপন্না হুমদোকই। সুংশিংকী অর্দ্ধ শালনা থাত্তুনা হিমাবান ব্রাম্বখি।

যমগা গণেশকা কন্ন থেংনৈ। যম্না শুচিজাল তম্মী, য়েত্তুম্না অকাশ থলহল্লি। গণেশনা সুংশিংকী তেন্না হুমদোকই। মৈগী তেন থাজিল্লি, নোংগী তেন্না মুখৎলি। যমনা হায়—"গনেশ! অভাংনি হায়ত্তুনা য়েংবিবনি খাঙভু খঙনি।" অসি হাযত্তুনা যঠা পায়ত্তুনা লংশিল্লি। মৈরিগা কোন্ননা খোংত্তুনা পাইশিল্লকই। গণেশকী তেনশিংনা ককপা ভমদত্তুনা কুম্ভ সুন্দ থাবদা ব্রাম্বখি। অমুক হিঙ্গত্তুনা দলাইদা ফম্মী। যম্না হায়—"গণেশ ভাবানিগী মচানি হায়ত্তুনা হাত্তবনি, সুংশিত্তুনা। নত্থাই হিঙ্গে হায়রবদি খোঙ পায়ত্তুনা হায়জো, কনবিগে যমগী মরা তাবদা গণেশনা মৈহৌনা শাঙত্তুনা থুম্ভা গদা পায়ত্তুনা পৃথিদ চোংথৈ। ব্রাশক্কে তাও সভা পুম্নমক—"মথোঙদা চঙজো" হাযরিবা, সত্য সত্য সত্যান শাক্ষি ওইশন্তু! মথোঙসে গদানা যৈথেক্কে। করিগুম্বা ভমদবা থোক্রবদি বৈকুণ্ঠ থাদোক্তুনা বন্দা শাগী মপোক ওইনা হন্ন হন্ন পোকগ্রগে। যম্না নাকন্দগী থাঙ শওনা—তাবিযু লাইয়াম সভা পুম্নমক। মাগী গদাবু ঐগী থাঙসিনা ককপা ভমদ্রবদি মম্নবা নরক্তা তাগে! অনিগী ব্রাশক তাবদা লাইয়াম পুম্নমক ভক্রখি। মহাদেবনা পান্বোম থাক্তনা লাওরকই—ভসিদি থেঙন্নে,

হয়েং থেংনরসি লাগসি। তেঙ্গেল ময়ামত্থ শিবগী রাত্থ য়ানখি, তেঙ্গোল পুন্নমক হঞ্জিন্নখি।

অহিংত্থ শিবগী তেঙ্গোল ময়াম চাব থকপা—লোয়্নরবদ অকল অথৌশিং শিবগী নাক্তা থুংলরে। শিবনা হায়—পুন্নমক তাও। ঐগী অঙাং গণেশ হায়বসি মথোং চাদে। যম হায়বা হুপাসে ব্রহ্মাগী বরদগী বিহিদ লৈতবা মশানি। মখোঙ য়ৈথেকপদি হায়রুত্থ খুজিল অমা য়ৈথায়বফাওবা ঙম্লোই। ঐ ধ্যান তৌত্থনা অমুক্তা য়েঙগে। অসি হায়ত্থনা শিবনা ধ্যান তৌত্থনা য়েঙভি, গোলুকনাথবু ধ্যান্দা দশন ফংই। স্তুতি তৌই; চানবিত্থনা হরিদেবদা তাকপিয়ু হায়জৈ। হরিগী অজ্ঞা ফংত্থনা মহাদেব মিৎ পঙথোকই, অকল অথৌ ময়ামদা হায়রকই—ময়াম পুন্নমক অমত্তা রাবিরুরত্থ মঙ্গল শোইদনা ওইরনি, হরিগী য়াথংসে ময়াম তাবিয়ু লীরগে—

বালিন্দগী মচা নুপা অনি পোকই, মমিংদি বিজম যম কৌই। যমশি য়াম্না কল্লি, বিযমনা কয়া পাঙদে, শোল্লি। ময়াম্বনি হায়ত্থনা বিযমদা নিংথৌ হাপ্পী। মরাইবক লৈতবনা রাণী অমতা ফংদ্রে। নৈঙ্খাতক্কী মচা নুপি অমা যমদা লুহোংভি, মমিংদি বিমলা কৌই, য়ম্না প্রেম লৈনৈ। ময়াম্বগী নুপীদি নিংথৌ মচানুপী নম্রবদি লৌনিংদত্থনা পুষ্পরথ দলাই তোংত্থনা মৌ থিরকই। বৈরাজ্ঞ দেশতা কন্যা অনি সয়ম্বর তৌরম্মী, মমিংদি—ইশ্বরী অমসুং ইশানী কৌই। লৈবাক লৈবাক্কী নিংথৌ, অঙম অথৌ তিল্লে। মতমসিদা যম্না কন্যা অনিমক দলাইদা হাপ্তনা থৌরক্লম্মী। কন্যা অনিগী মপাবুং মহারাজ লীরুংতেন পায়ত্থনা

তাম্নরকই। অকনবা লাল থৈংবৈ। অঙম অথৌ ময়ামগা লাম্বা ভৌই। যম্না তমোবান থাঙনা পুম্নমক মমহল্লি। ময়াম কায়ত্না চেনখি। কন্যা অনি পুত্না যম্না মরৈপাক য়ৌরকই, বৈরাজ নিংথৌসু যমগা লোইনরকই ময়াম্বুংদা কন্যা অনি কৎলি।

ঈশানিনা হায়—ইচেম্না নয়াম্বুংগী সেবা তৌহনবিয়ু, ঐদি মনাও ইবুংঙোগী.........। অহম্না অহল্দা, নহানা নহাদা.........।

মতু তাবদা যম্না হায় ঐদি যুমদা অমা লৈ। নৈল্লাতকী মচাম্নুপীনি বিমলা কৌই। শৌতিনী লোন্নবি হায়বত্থ ফুংঙাইরোই, য়াম্বুংগী সেবা তৌ, ঐসু লাই ওইনা ভক্তি মায্যদা তৌজগে।

ঈশানিনা হায়—ঐসু নিংথৌ মচাম্নুপীনি বীমলাসু নিংথৌ মচাম্নুপীনি, কবিসু কায়বোই।

অসুম্না ময়াদ্রবদা ঈশ্বরনী ময়াম্বদা কৎলে, ঈশানীন যমগী অরেপ্পা ওংরে। বিমলাগা ঈশানীগা মান্নন থম্মী। বিমলানা সপত্নিগী ভাবত ফুংঙাইতে। যমবু মিকুপ অমত্তা থাদোক্তে। যমত্থ য়েক্লবা লোইনবত্থ মঙাইরে। নোংমদি বিমলা অহিং অথেংবদা ঙাইহাক্তুং তুমথরম্মী, মমঙওই করিওই—"নং কদায়দনো ঐদি থাদোকপা ঙমজরোই। থাদোক্লবদি ইকোক চাবা পাপ পু" হায়রকই। যম মোমোন নোক্তুনা য়েংলম্লগা ঈশানিগী জগাদা লাকই। চক্কদবা হঙোইরপ তৌই; সনাগী কুচুনি, পুর্নিমাগী মায়থোংনি, মিৎচিন থম্বাল লকানি পম্যজদ বিরুজ ওইরম্মা। যমবু ইবদা তঙুপ তরাং হোৗগৎলি। মপুক্লোইযবু থুক্লযজে। যমনা কর্পুর তাম্বুল চায়, প্রেমগী বিলাশ ওই। যমনা হায় ইবেম্মা বিমলাশি ফত্তে, মান ঐবু ঙাইহাক্ত থাদোক্তে।

ইবেম্মা নঙ্গী নফমদা ঐগী ইরাল অসিমা লৈরে। অহাংব মতম হেক ফংবগা শোয়দনা লাকে। তোইনা লাক্লে হ য়তুনা শাওগন্নুকো। অসুম্না য়ারী কয়া শানৈ। নোংঙাল্লমদায় য়ৌরক্লবদা যমত্নু তহ্য তহান হনখি।

বিমলানা যম্ন শেন্নবসি চহি মরিনি ঈশানিবু উহন্দে। চানবা থক্লবসু পীদে। ঈশানী অৱাবগী ঈপাক্তা তাওরে, অহিং নুংথিল অনিদা কপ্তুনত মতম লেল্লে। মতা-পিতা নিংশিংতুনা অনুতাপ তৌবতনা ইবেম্মা ঈশানিগী মতম লেলক্লে। পাও চেনফমসু লৈতে, মশানা হায়রুগদবসু য়াথং ফংদে। মচেমগীদ চংকদবসু ইকায়, মী অমফাও লোইনদনা কোন্নুং করম চংনি, মফিন মোংপনে, মবুংঙোগী য়াথংসু ফংদে বিমলানসু নোক্লগনি। ভিক্ষা নিতুনা চাসি হায়বসু মবুংঙোবু য়োনব তাগদৌরি। অসুম্না ইশানি প্রেমগী ধারা শিন্থবতনা শিঞ্জাং ওইতুনা লৈরক্লে। নোংমগী হুমিত্তা থাঙবা ঙম্লক্তুনা—মবুংঙোগী সঙ্গায়বু য়েংওইনন কোয়-রম্লগা গঙ্গা মপান্দা লাক্লুনা গঙ্গাবু থুরুমজৈ; তোব্বান্দা লেপ্তুনা গঙ্গাবু প্রেমগী ধারা শিম্বনা চিংনা য়েংলতুনা হায়জরকই—মামাঙৈঙগী য়ারমদে। কাওবিরবরা? ইবেম্মনা সান্তনুগী সেবা তৌরিঙৈদা, ইপানা ইবেম্মগা ঐগা ইতা শান্নহনখি। ননাইনা হায়জরিবসে তাবিয়ু—যম্না ঐবু ফাতুনা পুবিরক্লে, থওইবিক্লে। জীব ওইনা পোক্লগা অশুক য়ানা, তোম্না লৈরুবগী করি কাম্নগনি। ইবেম্মদা বর অমত্তা নিজগে পীনবিয়ু। ইবেম্মগী গর্ভদা ননাইগী প্রানসি কংলগে! মপোক মপোক থুদিংদা যমগী লোইনবি ওইজগে, লোম্নবিদদি ওইজরোই। য়েংবিয়ু ননাইগী দেহেসি

চাদবনা কংলে, মীংকী পিন হকচাংসি চোৎলে। ব্রাহৈ অসি হায়রগা মবুংঙোগী মায়কৈদা দণ্ডবত শত্রাং তান থুরুমজে। নিংথৌগী মঙ্গা ইবেম্মা—কত্রঙগী মোন্দুম মোন্তে ক, তেরা মোম্পাক্কা চেপদা কত্রঙগী মোন, তেরা মোম্পাক্কা কল্লবা লৈগুম থোৎলবা হকচাং অতুনা গঙ্গা মপানগী মুংজ্রেঙ চেগায় মরক্তা ওন্না থোয়না কপ্পক্লে; থমোই কায়বমখৈ তেংথা খোজেল থোরক্লে।

ঈশানীগী অরাবা উবদা গঙ্গা লোৎতুনা লৈবা ঙম্লক্তে সয়ং ওইনা চোংথোক্তুনা চানবিবা য়াথং তাকপিরকই—হে সতি তোক্লো য়েংবা ঙমদ্রে নংগী অরাবা, তাবা ঙমদ্রে নঙগী তেংথাখোল। নহাক্না নিঙবা পুক্লিঙগী অপাম্বা পুন্নমক থুংলো। সতিগী পুকচেল অঙকপনি!! নহাকপু অতু য়োনা ওৎলবা মীশিংদা মরিক অমফাও অশাওবা লৈতবা!!! অতুবুনে ঐ রা অমা হাযগে যমগী মরালসে ঐ থাঙবা ঙমদ্রে। (গঙ্গা দেবীনা যমগী মরাল খরা লৈবগী ফংফম থোকপা দণ্ড, কর্ম্মগী ভোগ চাজবা ওইনা, নী ল ই থুদিংমক্না অছুম্না চৎনরকপা তারে খল্লি) "যম লৈতবা মুমিংতুগী কোমুংসে মাঙবা ওইসনু! অসি হায়দুনা ইবেম্মগী শদুম অমা ফেয়রগা গঙ্গা মপান্দা লংথোকই। মসিনা চিংছু গাছ ওইনা হৌরসনু। চীংছু মশাসিনা ফুবদা কোমুংগী মী পুন্নমক তুম্বা ওইসনু। ইত্তাগী নাক্তা লাকবা যমগী মখোংদো উসিনা গদা ওইনা যমগী মখোংতু য়ৈথেকপা ওইসনু! মখোং নাম্বা তেক্তন থঞ্জনগী মওং ওইনা চোংতুনা চোংতুন চৎসনু! ব্রাহৈ অসুম হাযরগা গঙ্গা মাতানাইবেম্মা ইশানীবু মথামুংদা কোনশিনবিখি, থাদোক্তনা।

অসোমদা যম্না পুক্লিং রান, থবাই শোক্না, ঈশানীগী কর্ম তৌখি। মতম খরা লৈরগা যম্না ত্রিকূৎট চৎখ্রিঙৈদা, মমাংঙৈদা দিগ বিজয় চৎপা মতমদা যমগী মথুৎত্তা মায়থীবা ফংগ্রবা, জন্তু হিংচাবা লাক্তুনা, বিজম্না গঙ্গাদ স্নান তৌরিঙৈদা উনরে। যমগী ময়াম্বনি হায়বা খঙতুনা জন্তুনা লুং উ, লংশিল্লি। বিযমসু লৌরুং পায়তুনা অকনবা লাল থেংনৈ। জন্তুন চৌ'ছু গাছ মশাতু থেক্তুনা বিযমগী নকোক্তা ফুবদা বিযমগী মকোক কায়তুনা প্রান থাখি। জন্তু হিংচাবনা কোম্বুং চঙলক্তুনা চিংছু মশাতুনা ফুতুনা কোম্বুংগী কাঙবু তুম্ন হাৎখি। যমগী জগাতু মাংহল্লম্নগা হিংচাব ময়ুমদা হনখি মতুংদা ইন্দ্রদ খৎনবা হৌরুতুনা ইন্দ্রনা জন্তু হিংচাবা হাৎখি। অতুদগী ব্রহ্মান যন্থু চানবিরতুনা নিংথৌ ওইহল্লি।

শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানি নখোয় পুম্নমক তাও! চুজিক অতুগুম্বী নিংথৌগী মচা তুপী ঈশানীগো চুজিকসু যমগী যমানি ওইরি। গণেশকা রাশক খুংবা তারে শিল্লগনু কান্নদে, নখোয় খরা গঙ্গা মপান্দা চৎলুরো চীংশুতু য়াল্লুরো! মহাদেবগী য়াথংদগী খুনমক ছাল গাশতু য়াল্লুতুনা ফজরব গদা শারে। মায়কৈ নাক য়েংঅনিদা সনান হৎলি, পদ্মরাগ মনিন মরক্তা থাম্মি, অশংবা মনিনা মায়কৈ থুদিং থিল্লি, অঙকপা ফংনা নিংথিকৈ। মবুংঙো মহাদেবদা কৎলে, গদাগী নিংথিবা উবদা শীব পেল্লে, মচা গনেশতা নিংথিনা শিন্নরে। অহিংতুদ মহাদেবসু গদা অমা পায়তুনা গণেশতা গদা তমবিখি। ক্ষাত্তি মহারাজসু য়েংবতদা গদাগী পোরম, খুলৈ পুম্নক খঙখি। নোং ঙাম্নতুনা চাবা থকপা লোয়নতুনা মায়কৈ অনিমক লানগীদমক মাম্নয়োক্লখি।

মাগী মাগী লম্বা থাদোক্লদে, যমগা গণেশকা অকনবা লান থেংনরকই। গণেশনা গদা থাংগৎলুনা লাওরকই- "যম! য়েংঙু য়েংঙু গদাগে! মসিনা নখো ঙত্থ য়ৈথেক্লগে! চেকশিনজো ঙসিদি! গণেশকী ঈচঙ থৌন হায়দোরকপা মরা তাবনে, গদাগী মগুণ উবনে, যম্না খল্লি— ঐ খঙলে! ঙসিদি ঈশানীদা দোষ তৌরুবগী মহৈ চাব তারেদো! ঐবু কনবিনবা কনা লৈতে কনাস্থু ঙমলোই। শ্যাপ্তগী হোবা উত্থনা শাব গদা ওইরম্লগনি, নত্রবদি ইরায় লায়না ককদবনি! ফরে! হরিগী কৃপা মঙাইরে, অগুম্না খল্লি অদুবু হায়দোকপা ব্রাঙাংদি অকিবা লৈতে অসুম্না লাওরকই—"লাও লাও গণেশ! নংনা তৌনিংবা তৌঙরো, নংগী গদা মচাদে। ঐগী থাঙশিনা শোয়দনা মতেক মতেক ককথংকে। অসুম হায়নত্থনা গণেশনা গদা লৈচনা চঙকই, যম্না থাংন মশাং পূত্থোম য়োম্নগ থাঙ লৈত্থনা চঙশিল্লকই। যমগী খুকউ মপা তম্না গদা হাইজিনখি থাঙনা গদাত্থ মযায়দা থেগাক য়ান্থেকখি। লাইগী নো দম শোয়ব য়াদবনা গদা মতেক্তু হাইজিনখিত্থনা যমগী মখোংত্থ য়ৈথেকখি। ঈন অর অর শিন্থখি, যম হৌগৎপা ঙমদন, লানকম ময়াদা তুখি। শিবন মচা গণেশপু পমখি, ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম খিবিক্ল— "ফুংঙাই ফুংঙাই! অনিমক চোপ্পদে" থাগৎলি। ঙসিগী লংলসিদি মমাংদস্থু উখিদ্রি মতুংস্থ থোক্লরোই— হায়নখি ভূত প্রেত জগোই শাখি, হারাওবনা। মখা তান অহনবা লৈতনা লম্বা লম্বা চোংশিন্নত্থনা লান শে ক্লৈ।

গণেশনা ইন্দ্রদা হায়— কুবেরগী মীচং চঙলুদনা ইবাংবা ফংলেদো হোরেল শচিনা হংলগা করি হায়ন খুমগনি ইন্দ্রনা শাও-

তুনা শক্তি তা লংশিল্লক্কুনা গণেশকী মপুক্কা লেংঙি, গণেশ ব্রাম্বতুনা লোংনা তাখি। তেঙ্গোল ময়াম ব্রাবন, হাহাকার লাওনরে ব্রাসি শ্রীমতি দুর্গা য়ৌখ্রে। শ্রী দুর্গা লেঙঙক্কুনা —"ইন্দ্র ইকায়দবা! লান্দা মায় থীব্রগা ইচাদা তাইনবদি খঙঙ্ খঙনি তুম্না মাঙহল্লগে" অসি হায়রতুনা ভৈরবী মুর্ত্তি পূথোরক্লে। মুশিল মুব বর্ননি, নয়ন্না কোরিগুম ঙাংবনি। অসুম চাওখোক্লকপন অকাশ ফংনা ব্রাংখ্রে, লৈয়েংনা অঙাংবা য়ুগল থাদরকপগুম তিংথোক্লক্লে, ক্রোশ লিশিং অমা ব্রাংবনি। থাঙ চূঙ্গোয় পায়তুনা লৈবদা পৃথি থক থক নিক্লক্লে। শিবসু শাওতুনা — "ইবেম্মা নংগীখোঙদাফমতু ঐগী ঈথক্কা ওইদ্রবদি পৃথিদ পুখবা তারে ঐগী ঈথক্ক। খোঙদাফম ওইতুনা ময়ামসি তুম্না মাংহল্লো,,। অসি হায়রতুনা লোংন হিপখ্রে, দুর্গানা শিবগী থক্কা লেঙখৎখ্রে। শিবগী থবাক্কা খোঙ নাম, ঙকশমদ খোঙ নামা থাখ্রে। দেবীব্লগুু উবদা মুর্চ্ছা ওইতুনা থরায় থাবফাও য়াওরে। থাংনা চীংমান কক কক্কুনা থাদরক্লে, ঈন খুজোক খুজোক থন্ন থক্লক্লে, চেনবা নংদবা লাম্মী পুম্বা মথ্রায় লৌরক্লে। স্নজিং চীংদোল ফক্কুনা সমক্রুদ থাদরক্লে। চন্দ্র, সুর্য্য অনিমক মুংশা থিবগা লোইননা থুংলরে। পৃথিবিসি লুকমায়দ কাবোক খোইতুম ওনবগুম মায়কৈ খঙদনা হাইরক্লে। স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পতাল মরোল অহুম নিক্লক্লে, লাইয়াম মুংশা থীবগা লোইননা ব্রহ্মাগী নাক্কা থুংলরে অব্রাবা পাওতু তম্লরে।

ব্রহ্মানা শ্রী কৃষ্ণ ধ্যান তৌই, শ্রীকৃষ্ণ লেঙঙকই। দেবীগী মুর্ত্তি উবদা অকিবা ফংই, তুচুংই। দেবী য়েংতুনা শ্রী কৃষ্ণনা হাযজরকই—"ননাইব চানবিয জগত মাক্কা ইবেম্মা ইবেম্মাচি

অনাদি শাক্তিনি, পুম্নমক্কী কারন ওইরিবিনি। স্বত্ব, রজ, তমগুন ওইরিবি! অয়াম্বা ননাইগী য়াইফ ন্নুংঙাই পীবিরিবি। ব্রহ্ম অমনা অখোইবা ওইহল্লি, ব্রহ্ম অমনা তুমহল্লি, অহিং ন্নুংখিল অনিদা। অপাম্বা শাওনিংবা, অঙকপা, অরাম্বা, খোৱাংবা মিহুন তরুকস্থ নংহাক্কি ধৃতি ঔষ্টী স্বঃহা, পুষ্টি কাল, রূপা, প্রনব পুম্নমক ইবেম্মনা ওইবিবা ঙাক্তনি। ইবেম্মা কৃপা তৌবিয়ু! ইন্দ্র হায়বসি ননাইনি, মহাক্না শোযখিবনি, লাল্লে খংনা ঙাকপিয়ু। ইবেম্মবু কিবদা ইন্দ্র থক থক নিকখ্রে। নচা গণেশ হিংহনঙরগে, তপথবিরো ইবেম্মা।

শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং তাবদা ইবেম্মগী মুত্তি হজিল্লি। কৃষ্ণগী কৃপানা গণেশ হিঙ্গংলে, কুবের কৌশিন্দুনা "লাল তৌনরন্থ" হায়না য়াথং পীবম্মী অত্তদগী শ্রীকৃষ্ণ গোলুক্তা লেঙখি। লাইয়াম পুন্নংক খুরুমত্তনা লৈজহৌই, দুর্গাস্থ মনাই ক্ষান্তিবু চানবিরম্লগা লেঙখি। লাইয়াম পুম্বস্থ মাগী মাগী জগাদ হন্নখি। মতাং অসিবু থয়াই য়াওনা তাজরবদি নিংব খুদিং থুংই।

সর্ব্বেশ্বরগী মচা ন্নুপা শঙ্করাচার্য্যন লেংবা বায়ু পুরানগী অহুমশুব অধ্যায়নী ॥ × ॥৩॥ × ॥

ন্নুংশিং নিংথৌনা গণেশতা হঙ্গংলি, "মখাগী ন্নারী শস্পোক্লা লীবিরো ননাইদা,, । গণেশনা ন্নুংশিং নিংথৌ য়েংদুনা মখা ন্নারী লীখরকই।

ক্ষান্তি মহারাজনা শিব মহাদেব য়েংদুনা হঙ্গংচৈ— সংসার অসিদা জীব ওইনা পোক্লগা তৌদবা য়াদবা হীরম খরদং তাকপিয়ু। শদা শিবন হায়:— ন্নংঙাই মহারাজ! মফগী মরমদা খরদং হায়গে

তাও ! ব্রাহ্মন্নচিংবা জাৎ মরিগী লিচৎকী লম্বীদ সচিৎ আনন্দ ওইরবা ব্রজেন্দ্রনন্দবু বেদান্তিকশিংনা ব্রহ্মনি হায়না শীংথানৈ। মিমাংসানা মপান নাইদে হায়। বৈয়াশক্র, জগদীশ হরিনি হায়। পতালঞ্জুল শাস্ত্রন, রাখল ফবা ঈশ্বরনি হায়। সাঙ্খ্য শাস্ত্রন, কারন কার্ত্তানি হায়। জ্ঞান লৈতবশিংনা তোঙাল তোঙাল খল্লি। থৌরম মতুং ইন্না মওং যাম্বতনি, ব্রহ্ম অমনা ব্রহ্মণ্ড শেম্মী, ব্রহ্ম অমনা ভোগ চারি. ব্রহ্ম অমনা মযাদ তোংহ্না লৈ, সৃষ্টি শেমলি; ব্রহ্ম অমনা জীবগী থম্মোইদা পরমাত্মা ওইবিরি। চফু থুদিংগী, ঈশীং য়াওব শুয'্যগী বিম্ব তাবগুম জীব থিকিক্তা ইবুংঙো মানা ঙানবিরি। ইবুংঙো মহাক্কী অংশ কলা ঙাক্তনা পুন্নমকসি ওইরিবনি। ঐশ্বর্য্য অবতারনচিংবা কনান শঙ্করবু ব্রহ্মনি হায়, কনান গোলুক নাথনি হায। মহাদেব ঐমকসু মহাক্কী মনাইনি। মীওইবনা মান মান অপাম্বা ইষ্টদেব অত্তুতা নিঙগনি, ইষ্টদেবগী নাম শোনগনি। অত্তুগী লম্বী হংজিনগনি ইষ্টদেবগী মুর্ত্তি লিংখৎক্কনি। সাধব দেহনা আত্মাগা মান্নন সেবা তৌগনি, অরাম থৌরাং থাদোক্কনি।

খোং হামদোক্তনা মনি মণ্ডির কাফদে, করিগুম্ব', অমা চারিভৈদা দর্শন তৌফদে। থোং লোনশিল্লগা পরিক্রমা তৌগনি। দুর্গাদ অমুক কোয়গনি, গণেশতা অহুম্নক কোয়গনি, ভুমিত্তা তরেৎলক কোয়গনি, হরিগী শম্বন্ধদ মরিরক কোয়গনি মহাদেবদ তঙ্খাই কোয়গনি। ইমাদা, ইপাদা, পত্নিদদি তরেৎলক নত্রগা মরিরক কোয়গনি। ঈশ্বরগী মাঙমক্তদা হেক মায়য়োক্লনা, ওই রোমদা নত্রগা মণ্ডিরগী তুংদা থুরুম্বা য়াদে। নক্ত নক্সা থুরূম্বা, অশৌচনা

(য়ুম্মাংবা) খুরুম্বা, শোকপা য়াদে, খুবাক খুদনা থোঙ হাংবা য়াদে। শম য়াওবা পোৎ কৎপা য়াদে, খুজ্জিন খুয়া চগ্রিং মুন্ন য়েংগনি, তুলশি কাষ্ঠন লুক হৌগনি। লৈত্রগা কাষ্ঠ মচেৎ ওইরবসু শীংদা য়ানগনি। থোঙন শোকপা পোৎ, থোঙ্গুম্দ থম্ব পোৎ কৎপা য়াদে. ঘী পায়তুনা লুক নমগনি। নাকোংদা, নাতোন্দা, কোক্তা শোক্লুরবদি খুৎ হামদোক্কনি। হুংশিৎ থাইবা য়াদে, থোঙ হাম্লিংনা পুজা তৌবা য়াদে। পুজাগী মতমদ রা ঙাংদনা ধূপ দ্বিপ লোইনতুনা নৈবিদ্যা মন্ত্রনা পুজা তোগনি। পুংশেল যৈগনি, ঈশৈ শক্কনি, জগোয় শাগনি। সূর্য্যদয়দ স্নান সন্ধ্যা বন্দন তৌগনি, তিলক ধারন তৌগনি চীং হৈগ, তুলসা, স্না খোনাংবু লুনা তৌগনি। অতিথিবু গুরুগা মান্ননা শেবা তৌনি, তীর্থ স্নান তৌগনি ইষ্টদেব নিঙশিংগনি, অতোপ্পা দেব দেবী খুকমফদে নোক্কবসু য়াদে। প্রানগা মান্ননা গুরুপুজা তৌগনি।

হৌঙ্গিক্তি, জাৎ মরিগী লীচৎ হায়গে — কার্য্য কর্ম্ম থাদোক্কনি, হায়বদি মহৈ নিদব। ব্রহ্ম বধ তৌফদে, কর্ম্ম হায়বসি মথল অনিনি — নিত্য হায়বা অমা নৈমিত্তিক হায়বা অমা। নিত্য হায়বনা সন্ধ্যা বন্দনচিংবা, নৈমিত্তিক হায়বনা শ্রাদ্ধ, বিবাহ, চন্দ্রায়ন ব্রতনচিংবা। নিত্য, নৈমিত্তিক, পায়শ্চিত অহুমসিনি। অহুমশিগী কান্নবদি—পুক্লিং শেংবনা জীবন দেহসিদগী লাম্নোকথ্রগা ফঙ্গদবনি। পুক্লিং শেংবনা পাঙ্গল্লি। কনান পিতৃলোক্তা, কনানা সত্য লোক্তা ফংই। পুন্নমক্কী অথোইবদি ঈশ্বরদা কৎপনি। লৌনিংবা, শাওনিংবা, অরাবা অমসুং থৎনবা থাদোক্কনি। রাচোয় ঙাংবা য়াওফদে, লৈবুং যম্বা

থদোক্কনি। ফত্তবা মীগা তিন্নরোই মতম খুদিংমক্ত ইশ্বরবু কাওরোইদবনি। ঐনা হায়রিবসি জাৎ মরিগী মচিনি।

ক্ষান্তি শিল মহারাজনা হায়— ননাই য়াম্না নুঙাইজরে, পোকপগী মহৈ য়াল্লে। হুজিক ননাইবু কদোমদ চৎখ্রো হায়বগে? শিবনা হায়রকই —হুজিক নঙ থুনা চৎখ্রো প্রজা'শ', অঙম অথোশিং নঙগীদমক্তা য়াম্না লাঙতরবরল্লগনি। শিদগী ৎ'খবনা মাল্যব্যান চীঙ হেঙনগনি, নর্ম্মদাদ লম্বীদা ভরাবা মর যঙ্গনি কর্ম্মগী ফন্নি খন্দোকউ। ঐগী বরদগী লেপ্পমক নরৈবাক ফংবা ওইসনু! গদাসিনে, লীরুং, থাঙ, য়োৎশুক, তেন মঙার্সি লৌরো। অসুম্মা মনাইদা পীবিরে।

শিব দুর্গা থুরম্লগা নিংথৌ নোংপোক পানা লাক্লে; করতয়া তোব্বানগী ভরাং থংবা তোব্বান্দা থুংলরে। নিংথিজরবা বন অম থেংনৈ। কোনা, হৈনৌ, থৈবোং হৈজ্রোয, মনাহি, মঙ্গে, বোরোই, গন্ধা, বকুল, কদম্বা লৈহাও, সনা খোংনাং, থাংতুপ, চীঙ হৈগ্রু: মালিকা, মালতি, যবা, বেতকী, মহৈ মপান্না নিঙথিজ্জে। উচেক য়ারাগী হুংশিবা খোঞ্জেল, খোইমুশিংগী ওঁকার শব্দনা বন্দু নিল্লি। রাহোং লাবা অমোম্না মলয়া হুংশিংকা লোয়ননা জগোয় শারি। বন্দুগী ময়াযদা অসুম চংশিনথিবদা মণ্ডির অমা থেংনৈ!! মণ্ডির মন্থুঙদা ফজরবী, নিংথিরবী বন্যা ভমা যমৃনা লৈ। মমাংদা সনাগী চফু অমা থিল্লি, হকচাং চনবা, মনি মুক্তানা থাম্লবা মিংশেন অমা থম্মী। শমজিদি চেপ্পপ পুল্লি, লাইবক্তা সনা মপাক, নাকোংদা কুন্দল, মনি পরেংগী ক্যাংলিকফাং তানচপ, সনা খুজিনা লৈতেংই। থবাক্তা থাংথুম, খ্বাংদ খ্বাংনপ, চরন্দা

মুপুর, ঙাংলৈনবা ইন্নফি, সনা ফিগে থোনবা সনাগী মপানগুম নিঙথিজৈ। মায়থোংনা পুর্ণিমাগুম, য়ানা কুন্দো পরেঙ্গুম, চীনবাম্না ঈতুং লৈগুম নিঙশিজৈ । য়ুমগী অকোয়বদা লৈপরেং য়াল্লি, লৈতেংনা থাম্নবা পোনশুমদা শুক শারি, মোইনাশিংনা মহৈ মহৈ শব্দ তৌই কামগী মোংফম ওইবা জগানি, নিংথৌ ঙাইহাক জ্ঞান মমত্তনা লৈখি। থুংশু থুলাই থম্মা, কন্যাত্তদা হংলকই—হা ইবেম্মা নঙবু কনানো? নতোমতা চিক্ক লৈনা করিগীনো ঐগী চিংনবা কোকহনবিয়ু ।

কন্যাত্নসু নিংথৌবু উবদা ঙকখি, থম্বাল লকা মানবী মিস্নানা যেংজবকই ঙক্ক নবিন বয়সাক মতম্নি, শুন চেনবা নিপানি। লাইপক্কী শমজোয়না থাবু রাহুনা উমবগুম্মি, নাতোন্না থোয়দিং মপান্নি, পাম্বেম্না শামু নতোম্নি শংবান্নবা কুচুনি, নিংথৌবু হেক উবদা ইবেম্মা জ্ঞান মাংই। অমুক্কসু থল্লকই — শিবনা চানবিত্তনা ঐগী ইবুঙোনা থাবিবকপনি, নম্রবদি কনানা চ লকপা ঙমগনি। অত্তবু শক্কদি কান্নদে মবুদ্ধি মরোশিং লৈবরা যেংগে ! অসি থল্লত্ত্না হায়রই— তথাহি, য়ানত্ত ওয়া বৈসে রহে ওহে বধ হই। ব্রা হাই হংস বর্ত্ত বিপর্যয়ঘনি। নিংথৌ ঙাইহাক ভাব তাদে মপুক্লিংদা ব্রাথল তৌই — মান হায়রিবসিদি দলাইদা নংনা ফমত্তনা লৈরগা হাংলকপত্নি, করিনো ! ঐদি মীশু হাংলক্কে, দলায়শু য়াওরক্কে। মান— বর্ত্ত বিপর্য্যনি" হায়বসিনদি মথক মথা ওন্থক্কুনা য়েংগে— ইহ ধব হেও হরসেবৈ„ য়াতু মত্তনয়া, ও ! ভাব তারে ! 'ধব হেতু„- ইপুরোবগীদমক, "হব„-মহাদেববু "সেবৈ„ সেবা তৌজরি। "য়াতু নয়া" হিংচাবগী মচাম্নুপিনি।

অসুম্না খল্লুরগ হায়বকই— ইবেম্মা ! পুম্নমক খঙজরে। ইবেম্মাগী দমক মহাদেববু পুজা তৌজরি, হিংচাবগী মচান্থপিনি অসিনি। ঐস্থ শিব মহাদেবগী মনাইনি। ইবেম্মগী মিংনা করি কৌবিবগে? কন্যানা— খুদোম্বীনা ন্থমিৎত্তা থিল্লি অদুগা মচিনবান অমুক শোকই। ক্ষান্তিনা—হুংঙাইদা ইবেম্মা ! সুর্ষামুখি কৌই অসি ওইরে !

কন্যা অসি অম্বরগী ময়াম্বা কদম্ব নিংথৌগী মচান্থপিনি। মবুং মরি লৈ। বনশিগী মমিংনা প্রমদা কৌই। হুংথিন্দ মতোমতা লৈ। অহিংনা মনাই মশলগা লৈ। ইবেম্মনা পুক্লিংদা খল্লি— শকস্থ ফজৈ, জ্ঞানস্থ লৈ খুৎলায়সিনা শক্তি লৈ হায়বস্থ তাকই। জাতিবু করি ওইরিগবা? হঙ্গদবস্থ ইকাই। নিংথৌবু উবদা ইবেম্মা হুংশা য়াইদনা হুমাং শৌরে, ফম্না ফম্ন শদোথোংলে। কন্যাগী মওং উবদা নিংথৌনা হায়রই— ইবেম্মা করি মওংনো? খোইমুনা মখোং থোংনা লাক্লগা থম্বাননা কিহুনা চেনবরা? নোংইন্না থাবু হঙ্গোয়বরা? মীগা হিংচাবগা বৈজাতিনি খনবরা? চিংনমু ইবেম্মা ! ভিবিষণগী মচন্থপি সত্যসেন্দা লুহোংই। ভীম্ন হীরম্বী লুহোংই। ঐস্থ সৌমযাগ দেশকী নিংথৌনি ইমি'না ক্ষান্তিশিল কৌই, শিবগী দর্শন চৎচরুবনি শিবনা লম্বী শোমদা চৎখো তাকপিরক্লুনা লাকচবদা লাইবক ফত্বনা ইবেম্মগা থেংনজরিবসিনি। নিংথৌগী মরা তাবদা ইবেম্মনা খুম্নকই – ঐগী ইবুং মরি লৈ য়াম্না তৌবা ঙমই ইবুংঙোগা খৎনরক্কনি, ননাইনা করিগুমম্বা শক্তিনা ইবুংঙোবু কনবা ঙমজরোই। পোৎ অমা ফাঙ্গে, চাগে খল্লুরবস্থ ঙমলোইদবা লৈরবদি থাদোক্কদবনি, অসি

খন্দুনা ভাকপায়ু। অহিং ওইরক্লবদি সখিশিং লাক্লনি য়াম্না চিংননিংভাই ওইরনি। ইপাদ তম্লুরবদি খুদোং থিবদা তাগনি। নিংথৌনা খুম্মা— করি রানো ইবেম্মা? কি হায়ত্তনবু খুত্তা পাইব মণিবু তরাই তরাই খাদোক্কদরা? অতৈদি লায়রত্নুনা ইংবেম্মনা ঐবু চানবিরোইদ্রা অসিগী চিংনজবনি।

অম্সুন্না রারী শানরিভৈদা, মাল্লিকা, তরুনীনচিংবা শখিশিং চঙলকই। মনাইশিংগা রা তানত্নুনা লোয়না খংনরে। শিবনা মাগীদমক্তা মতিক চাবা বর, মান নহানমথৈ তপ তৌজবগী মহৈ ওইনা থাবিরক্লবনি খন্নরত্নুনা ইরাই গুরু কৌত্নুনা গন্ধর্ব্ব বিবাহ তৌরে। ইরাই গুরুনা নিংথৌ য়েংত্নুনা হায়রকই— মহারাজ মাঙদা চেল্লিবা তুরেলসে করতয়া তুরেলনি। গঙ্গাদগী তোঙানবা নত্তে, স্নান পূজা তর্পন তৌ, শিব পার্ব্বতি অনিগী খুত্তগী থোকপনি। ক্ষাত্তিনা হঙ্গৎলি— মত্নুগী রারীত্নু করম্না থোকখিবনো মুণিনা চানবিত্নুনা ননাইবু খঙহনবিয়ু।

ইরাই গুরুনা হায়রকই— তাউ নিংথৌ মমাংভৈদা মহাদেবনা কৈলাসতা ভূত প্রেত ভাক্তগা লৈরম্মী, ধর্ম্মনি য়াওরমদে। নোংমা ইন্দ্রনা চিংবা লাইয়াম্না ব্রহ্মাগী নাক্তা চত্তুনা হঙ্গৎলি—নঙগী অহিং অমদা প্রলয় ওইরিবা মুংথিল অমদা সৃষ্ঠি শেম্লিবা ইবুংঙো! জগতকী মবুংঙো শিব মহাদেবনা লাইরবনা পৎতত্তুনা ধর্ম্ম পত্রিস্থ অমফাও য়াওদনা লৈবসি লাইয়াম ঐখোয় য়েংবা মুংঙাইজদ্রে। ঐখোয় মথৈদি স্বর্গদ মুাঙাইনা লৈরে, শিবগীদি ত্রিশুলগা বৃষভগা অনিত মঙাইরে! রা অমত্তং থন্নবিনবা লাইয়াম ঐখোয় লাকচরি। ব্রহ্মানা হায়— লাইরবদি কোক্লরোই, শনিগী শ্যাপ লৈ। অত্নুবু

ধর্ম্ম পত্রি অমত্তংদি ময়াম চঙতুনা কনাগী কন্যা লৈবগে য়েংসি। ইন্দ্রনা হঙ্গংলি — শনিগী শ্যাপকী মতাংতু খরদং খঙজবা য়াগদরা ?

ব্রহ্মানা হায়— তাও তাও ইন্দ্র ? মমাংদৈদা ভগীরথ কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। শনিগী শ্যাপ্তুগী, থবক খুদিং অপনবা ওইরে, দেহ ময়েং তাশিল্লক্লে। পণ্ডিত কৌতুনা য়েংহনবদা শনিগী দাশানি, সনা, লুপা কংপনা কান্নরোই। শিব পুজা তৌবিয়ু শিবনা চানবিরবদি পুন্নমক কোক্কনি; নত্রবদি মহারাজ থরাই মাঙবা য়াবগী দশাফাও লৈযে রা অসি তাবদগী ভগীরথনা জমুনা মপান্দ, উদয়গীরীগী সিমানা উত্রপীঠ কৌবা বন্দা চাদ থক্তনা মহাদেববু পুজা তৌই। মতম খব লৈরগা মহাদেবনা চানবিরে, স্বয়ং ওইনা লেঙবিরক্তুনা "অপাম্বা বর অমা নিজৌ" হায়না তাকপীররে। নিংথৌনা দণ্ডবত তৌনা খুরুম্লগা হায়জরকই— ননাইদি অতোপ্পা বর অমা নিজরোয়, শনিগী দশা অসিত কোকপীয়ু। শিবনা হায়ঃ— মতু কোক্লব মন্ত্র পীগে পুক্লিং চংনা তাও! মন্ত্রসি শোন্দুনা শনিবু চিংথোকউ। অনুসারগ লোয়ননা যঁ বঁ না উঁ কার তৌদুনা প্রনবকা লোয়ননা "মর্ষয়ামি" হায়বা রাহৈশিনা উদানবায়ুগা লোয়ননা কবর মতুং ইন্না চিংতুনা ভাবনা শনিবু নাতোন শুমাংদা থম্মু। থৌরিফাওসি ব্যান বায়ুন চিঙ্গনি। ব্যান বায়ুনা হফচাং পুম্বা কোয়গনি। সমান বায়ু শোন্দুনা স্বর হোন্দোক্কনি। মন্ত্রগা লোইনতুনা শনিগী তেজতু নথুংনা পায়দুনা "ফড়িতি"হায়বা মন্ত্রসিনা হুংপাক্তা, পাম্বোম থাঙ্গত্তুনা চেংনা পায়রগা, ফুধগনি। গ্রহ অতৈসু অত্ত মঙাই, মমিংহু হায়দুনা পাংথোব্রগ লোয়রে। বীজনচিংবা পুন্নমক

নংঙোন্দা হায়রিবসিনি। অতুম তৌরবদি শনিগী দশ পুম্বা কোক্কনি। গ্রহ কোটি অমনা করিস্সু তৌবা য়ারোই; ঐগী তুংদা তৌ, ইমাঙদা তৌবদি ফস্তে। ঐগী মাঙদা তৌরবদি সিদ্ধি গুন কোটি হেনগনি অদুবু শনিগী অরাবত্ত ঐ য়েঙনিংদে। নিংথৌন হায়—তৌবিগন্তু ইবুংঙো শনিনা ঐবু রাহনবগী মতিক ঐনা মাবু অমুক লাক্কবতনি, মসিনা ক্ষেত্রি ঐখোয়গী ধর্ম্মনি। শিবন হায়—মখোয়দি ঈশ্বরগী য়াথং চৎচবতনি, অচাল মীরাল নাইদে ইতিং তিংন চৎচবনি। ঈশ্বরদা পুক্লিং লুপ্পা মীতুদা সাধু সেবাগী মত্তংদা গ্রহশিংনা লৈ। মীদুগী মরমচৎ ফত্ত্রদি অফবা গ্রহ ওইরবস্সু ফত্তবা মঙ্গল পী। দশা ফরবশু কর্ম্ম ফত্ত্রবদি অফবা ওইদে। অতুবু নংনা ঐবু য়াওহন্নিংলবদি থৌরাং তৌরো।

শিবগী য়াথং ফংবদা ভগীরথনা মবুংঙোনা তাকপা মতুং ইন্না পাংথোক্লে; শনিতু মাংওইননা মুংপাক্তা তারে। মখোঙ তেক্কুনা পৃথিদা থরো থরো ওল্লে, কপ্পগী পিনা লৈখোম থোক্লে মহাদেবসু মাগী অরাবা উবদা প্রেমগী ধারা শিন্থরে। শনিনা শিবদা হঙ্গংলি— হরিগী য়াথং ইন্দুনা চৎলু হায়বা মক্ষমদত চৎচবা ঐবু অরাবা তাহনবিবদি, "কৃত ঘন্তা"গী পাপ লৈরে। ইবুংঙোগী নশাদা। পরং ব্রহ্ম ওইরবসু, ককচেংনা হায়গত্তুনা চিক্লম্লগা হাৎপীতুনা শিবগুম, শ্যাপ কৎপা তারেদো। ঐগী মিৎয়েংদগী ব্রহ্ম স্বরূপ থাদোকপিরো! ইবুংঙোগী সঙ্গজনগা লোয়ননা হকচাংগী মওং মতৌ থীবা ওইরো, লন পুম্বা মাঙলসসু দিগাম্বর ওইবিরো। সম্থি উৎ তৈবিরো, লিল খাওল ওলবিরো মোংফমদ য়াওনবিরো, মী মকোক পরেং শিবিরো কোক্তা জটা

পুবিরো, শগোলহিদাক মপাল চিনবিরো অঙাওবগী মওং ওইবিরো। মসি তাবদা শিব মহাদেব হরাওবনা জগোয় শাগ্রে করি তাকপি-রকই— মুংঙাইরে শনি নঙগীছুদি শ্যাপ নত্তে। হরিবু নিঙজবদা নাপল, অহং গর্ব্ব, ঐনা মীবু অমদি মীনা ঐবু মিহোবা পুম্নমক কোরুবা ঐগী মওং শেম্বন। ঙসিদগী হৌনা কৃষ্ণদা পুরিং হাপচৌ, কৃষ্ণগী মনাইগা তিন্নজবগী রতি কংজৌ" অসুম্না শনিদা তাক পীরে, শনিসু মুংঙাইজরে। ভগীরথ য়েংচুদা শিবনা তাকপীবকই— মহারাজ নঙসু চৎলো, কৃষ্ণগী মনাই ওইজৌ, নহাকথক্তগী পৃতিলোক লানব ওইসনু। অসুম্না তাকপীরম্লগা অন্তর্ধ্যান ওইখি। মহৈ মহৈ মাগী মাগী জগাদা হনখি। মরম অসিনা ইবুংঙো মাগী মনাইশিং অয়াম্বনা মওং চাদবা ঙাক্ত ওইগল্লিবনি। মত্তাং-সিবু থরাই য়াওনা তাজরবদি শনিগী দশা পুম্বা কোকই!

রাম সর্ব্বেশ্বরগী মচা মুপা শঙ্করাচার্য্যনা ইবা বায়ু পুরানগী মরিশুবা অধ্যায়নি। ॥×॥৪॥×॥

ইরাই গুরুনা মথাগী রা শীথরকই—তাও তাও ক্ষাস্তিশিল নিংশৌ! ব্রহ্মানা লাইয়ামদা হায়রকই—হিমগীরিগী মচা মুপী মমিংদি পার্ব্বতি কৌই। লক্ষ্মিগী পান্দমগুম নিংথিজৈ। মপোক অমদা দুর্গা কৌরম্মী, পাম্বোম তরা পাল্লি, শুম্ভ, নিশুম্ভ হিংচবা হাৎপনি! কৈন্যাচু লাইয়াম চঙচুনা হায়রুশি। অহানবদা মহাদেব হান্ন উন্নখিসি। অসি হায়নরচুনা কৈলাস তান্না ময়াম লাকখি। কৈলাসকী নিংথিজবা উবদা ব্রহ্মামকক্কাও ঙকখি। শিবনা বট অমগী মখোঙদা অ'সন্দা ফমচুনা তপ তৌরম্মা। লাইয়াম পুম্নমক থুরুম্মী' ব্রহ্মাগা শিবগা মখোঙ পায়নচুনা

ভক্তি তৌনৈ। লাইয়াম্না মতৌঙ্গু উবদা নোকই। মহাদেবনা "করি মরমগী মরাম লাকপনো"? হংলম্মী। ব্রহ্মানা হঙ্গংলি— লাইয়াম খিবিক্না ইবুংঙোগী ধর্ম্ম পত্নি অমত্তা লৈতবসিদা অৱাবা অমা ওইনরে; য়ারবদি অমত্তুং থৌরাঙ তৌনবা হোৎনসি, লাইয়ামগী নিংব থুঙহনবিয়ু। মোমোন নোক্নুনা মহাদেবনা হায় —ঐগী ঈশাশে ঐগী নত্তে নংগীনি। ঐগী দেহসে নহাক্না হিনাও শাবনি, নহাক্না হায়রগা লোইরে। কনাগী কণ্যা লৈবগে?

ব্রহ্মানা হায়—ঐগী বরদগী কংখিবা হিমগীরীগী মচানুপী মমিংদি পার্ব্বতি কৌই। ইবুংঙোগী মতিক চাগদরা খল্লি।

মহাদেবনা হায়—কদায়দগী পীবিরকবনো! য়ুম্বাল মতাসিদা। শক্তা লৌখৎশিরা হায়বসু কোক্তা জটা পুরে, শগোল হিদাক মপান চিনশল্লে। শাগৈ নাতৈশু লৈতে, পীতং পাতংলি, কৈ মউল শেংলে, মোংকমদ য়াওল্লে। শিবগী মরা তাবদা ব্রহ্মানা হঙ্গংলি—জগৎ পুম্নমক্না ইবুংঙোগী নামতবু শোম্নরি! মূর্খনা নোক্নগদব। মঙাই অসি হায়রগা নন্দি, ভৃঙ্গি, জয়ন্ত কৌশিল্লি, "নখোয় হায়রুরো চৎলু। হিমগীরীদ খঙহল্লু ঐখেয় লাইয়াম সভানা হায়রকপনি হায়য়ু।

শিবগী মনাইশিং হিমাবানগী নাক্তা থুংলরে। পাও পুম্নমক চিথদনা তম্মী। হিমাবান্দি মরাইবক ফবনি খন্দুনা য়ারে। মাগী পত্নি মল্যানিদ পাও তাহল্লি। মল্যানিনা হায়—মশকসু উদনা করম্না ঈচা পীগনি! কৈ ফত্তেসু খঙদনা গঙ্গা য়াম্না থকই হায় ঈচা পীবা ওমজরোই। রাসি তাবদা হিমাবান শিবগী মনাইদ হায়—ঐগীদি জগৎকী মপুনি খঙনা য়াম্নবনি অঙুবু মুপী অঙাং-

শিংনা দর্শন অমুক্তা তৌজখিগে হায়রি। অসি হায়নহুনা শিবগী মনায়শিং নন্দি, ভৃঙ্গি, যয়স্ত হনখি। পাও পুম্বা লাইয়ামদা তমখি। থিন্দনা ব্রহ্মাগী য়াথংদগী কুবেরনা সনা লুপা আভরন পুম্নমক পুরক্কনা শিবনা থোনখি। হান্নগী শকওং পুম্বা হোংখি। শিবগী রূপ গুণ উবদা লাইয়াম মোমোন মোমোন নোকখি, কাম্বু অমদি কাংলিনিবু শুমহৎনবগী মওংনি বৃষভ তোংহুনা লেঙথোরক্লে, বরুন্না ছত্র খাল্লি। লাইয়াম ক্তয়াম্বনা থৌগনতৌখি অসুম্না হিমাবান নিংথৌগী জগা য়েৌখি। শিবগী রূপ গুন উবদা পুম্নমক্না খল্লম্বদগী ওন্নতৈনখি। পার্ব্বতিনা লাইবক ফবনি খনখি। লুহোঙবগী হুমিং লেপ্পহুনা ময়াম কায়নখি।

রাম সর্ব্বেশ্বরগী মচা সঙ্কারাচার্য্যনা লেঙবা বায়ু পুরানগী মঙাশুবা অধ্যানি ॥ × ॥৫॥ × ॥

সুক্রাচার্য্যনা ( ইরাই গুরু ) হায় শিবগী জগাদা লুহোংবগী থৌরাং পুম্নমক লোইখরে। অহিংহু জগোই, কুমৈ, যন্ত্রগী মখোলনা পুমনিল নিলনা মুংঙাইনা লেপ্লে। নোং ঙান্নে যাত্রা তৌরে। অমরোমদসু হিমগীরীগী মচাইমেম্মগীদমক অধিবাস হৌরে। মরূপ মপাং পুম্নমক থুংলরে। লোকালোক, বিন্ধ, মাল্যবান, উদয়গীরি, ত্রিকুট, হেমকুট গন্ধমান, সুমেরু, কৈলাস, মৈনাক, রৈবত, গোবর্ধন মশিঙ থিঙমদনা থুংলরে। অত্রি, মারচি, নারদ, ভরদ্বাজ, শৃঙ্গি, লোমহর্ষ, ববদস্ত, পরাশর, জমদগ্নী, বশিষ্ট, গালব, তুম্বুর, ভরথ, কৌশিকি মুনি ঋশি অরাম্বা থুংলরে। মহাদেবনা স্বরারেলগী পুস্পরথ দলায় তোংহুনা, লাইয়াম্না থৌগন তৌহুনা হিমগীরীগী জাগাদা থুংলরে। ব্রহ্মানা জয় জুগার লাওই।

হিনগীরী লেঙথোরক্কুনা দিউটি মঙ্গল তৌই, পাদ্য অর্ঘ পুজা কৎলি। অগষ্ট মুনি চংঙক্কুনা ব্রহ্মা শিবদা, "জ জ্ঞ হৌজরগে" হায়দুনা হঙ্গৎলি। ব্রহ্মাসু জজ্ঞ শ.লাদা লেঙ'শিল্লি। ব্রহ্মানা জজ্ঞগী ব্রহ্মা ওই, আগষ্ট মুনিনা আচার্য্য গুরু ওই। জজ্ঞ কাষ্ঠ থম্লে, জল পাত্র, কাশ্য পাত্রনচিঙবা শুনা থম্লে। মতমসিদা কোমুংগী ইবেম্মশিং থোরক্কুনা "বর কদায়নো, বর কদায়নো"? হায়দুনা কোয়েং য়েংবা হৌরক্লে।

মুংশিং নিংথৌনা লৈ চন্দনগী বোয়চেল চেল্লম্মী। ইবেম্মশিংনা মুংশিং নিংথৌদা "বর কদায়নো"? হংই। মুংশিনা থুং হিন্দুনা তাকই। মহাদেব উবদা ইবেম্মশিংদো চিবোন চিবোন ঙাংনরক্লে। —' বিভূট তৈবা, কৈ মউল শেৎপা, কোকফাব, লিল খাওল ওনবা অঙাওবা মানবসিদবু মচা নিঙোল থাজবা ......" ইবেম্মা মল্যানিসু য়াঙাংশিংসি তারক্লে, "উচুং মৈচাবপা মানবসিদবু ইচা থাজবা! মাঙজরেদনা ঐহাক্তি" হ ু ম্না হঙ্কক্লে। ইবেম্মা পার্ব্বতিদি—"মরোল অহুমগী মবুঙঙোনি খঙদবনা মানা মান: খোকপা পঙঙাং ঙাংনরেদো! প্রভূ। কৃপা তৌবিয়ু অপঙবি ননাই ঙাক্কনি"। অসুম্না খল্লি পুক্লিংদা য়া ঙাংদে অসুম্না হায়রকই —"ইতাশা! ইপাগী য়াথংবু ঐনা করম্না হিক্কোকদগে, ঐগীদমকক্তা য়াজরক্লবা ইপানি, মাগী য়াথংনা অরেপ্পনি ঐগী অফ কত্ত ঐ খঞ্জদে"। মচাইবেম্মগী য়াসি মমা ইবেম্মদা হঙ্গৎলি—ইবেম্মা নমাক নিপাসি ওক্লা শামুরা খঙদ্রে, গঙ্গাগী মৈথুনা মায়কৈ মমগ্রে! বম বম লাওবনা নাকোং দৈশিল্লে। মনাইশিংগী মরা তাবদা মল্যানি লেঙথোরক্লে। মতমসিদি কণ্যাগা বরগা দানগী

ফম্না মতম্ম। ইবেম্মনা মহাদেবা য়েংহুনা লাওরকই—"লুহোংবা লেম্পিখো! ইচা নীবা ভয়রোই, ফিশেঙবা, কোকফাব, অঙাওব-সিবু ইচা করম থাজগদগে। মঙোন্দা নীবা তারবদি ঐ হুজিকমক শিজয়গনি"। হন্ন হন্ন অথিব রাহৈশিং ভাক্কনা লাওরক্লে। মহু তাবদা পার্ব্বতিগী পুক্লিং রাই, "মরু ফংনা লাম্লে ক'রি থোক্লগবা" অমুম্না খন্দুনা হুংশা থীন লৈরে। মল্যানিগী মরা তাবদা ময়ামহু হায়! হায়!! লাওনরে শিবনদি অপঙবিনি খন্দুনা দোশ লৌবিদে। তাঙ্গ'সিদা বিষ্ণু মন্ত্রিনা শিবদা অথীবা রাহৈনা চৈরকই—"হায়! হায়!! জঙ্গলী শা. জঙ্গলবা চংলো, রাজ কন্যা লৌবা মতিক চদে। য়'ত্রবদি নঙক্তা থৌরি থাহুনা চিংথোকপা তারে; হৌজিমক! খাঙ্ডমদ্রবা রাহৈসি তাবদা নন্দিনা গদা পায়হুনা সদাশিবগী ইঙ্গিত য়েংহুনা লৈপ্রে। মন্ত্রিগী অয়াকপা রাহৈ তাবদা মহাদেব, "লু:হোংবা ভয়বোই" হায়হুন লুহোংফান্দগী কুমথরক্লে। থোদোহু উবদা ব্রহ্মা, হিমগীরী ঋষি পুম্নকপা চংহুনা চরন্দ—"দয়া তৌবিয়ু ইবুংঙো, পার্ব্বতিগী য়েংবিয়ু নিংথৌগী মায় ভাকপীয়ু, ভক্তগীদমক রাবিবা ইবুংঙো নত্রা থৌজালগী মিৎয়েংন চানবিয়ু। শিবনা হায়ঃ—হিমগীরী নঙগী ননিং থুংজরো! ফুরকাওবা ঐ তারগে, মতম থুদিংমক্তা নংগী সহায় ওইরগে।

ইংথহুনা অমুক বরগী অ'সন্দা লেঙশিল্লে। মতমসিদা, মল্যানিগা বিষ্ণু মন্ত্রিগা চংলক্তুনা—"চংব্রো হায়রগা করিগী অমুক চংলক্লিবনো"? হায়না অকনবা, অয়াকপা থোম্বোক্তা লাওরক্লে। থুদক্তুমক্তদা নন্দিনা চোংশিন্দুনা গদানা বিষ্ণুগী মকোক

থুগাইরে। লাইগী জয় লাওরে। হিগীমরীনা মল্যানিবু তানশিনখরে, শদা শিবগী লিলশিংনা ইবুংঙোবু নিন্দা তৌরম্বী হুপীশিং লোইনা চিক্তুনা হাৎলে, বিবাঙ্গ সাঙ্গ ওইরে।

শিবনা দুর্গাগী থুৎপায়হনা, হোনবী মন্ত্র যন্ত্র শোম্দুনা ব্রহ্মানা লুহোংবগী থবক লোইশিনখ্রে। মতিক চানা চান থক্লবা রত্ন বেরা, সন্দেশ য়েন্নে, দান মপাল নাইদনা তৌরে। ইবেম্মগী পাম্বোমগী ফজবা, নিঙথিবা উবদ ব্রহ্মানা রেত স্খলিত ওইহনা খোঙবিনা লৈপাক্তা তকপদগী বালখিল পোকখি। কোটি অমনি, মহৈ মহৈ চৎনখি। ব্রহ্মানা "স্বাষ্টফজরো" হায়হনা সম্প্রদান পী। সম্প্রদানগী মতমদা শিবনা ইবেম্মা পার্ব্বতিগী মথূক্ত ঈশীং হৈথৈ; অরেম্বহনা কনথোকপদা চীংথক্তা তাখি। ঈশীঙ অহনা চেন্থরক্তুনা করতয়া তুরেল ওইনা চেনখি। সভা পুম্বা হরাও তুজুংবগা লোয়নন। মাগী মাগী জগাদ চৎনখি, অমগা অমগা বিদায় তৌনখি। দুর্গানা হায়জবদগী লিলনা চিক্তুনা শিরুরবা ইবেম্মশিং পুম্বা মহাদেবনা অমুক হিংগৎহনখি। মল্যানিনা শিবগী চরন্দা চঙজখি, তাইবংপাল শুমহৎপা মুক্তিবু দর্শন পীবিখি।

ইরাই গুকনা হায়—"ক্ষান্তিশিল নিংথৌ করতয়াগী রারী লিরিবসিনি। কন্য অসিস্থ শিবগী অংশদগী পোকপনি, যৈথায় থিঙ্গাইবা লৈতবা ওইসনু; ঐসু হল্লগে। অসি হায়হনা বিদায় তৌখি। মতাং সিবু পুক্লিংচংনা তারবদি নিংবপুম্বা থুংজ্জেয়ে। রাম সর্ব্বেশ্বরগী মচা গুপা সঙ্কারাচার্য্যনা লেংবা বায়ুপুরানগী

৬ শুবা আধ্যায়নি ॥ × ॥ ৬॥ × ॥

হুংশিং নিংথৌনা হায়—গণপতি ! নন্দি নিংথৌনা মী ওইনা পোকপগী ব্রারীভু ননাইদা অমুক্তা লাবিয়ু।

হুংশিংকি মব্রা তাবদা গনেশনা হায—মমাংঙৈদা মরোল অহুম্মক্কী শৃষ্টিশি অঙকপা ওইনা শেম্লম্মি। অচৌ পিশক চপ মান্ননা হুংঙাইরম্মী, উদা চাক পাল্লম্মী, লকুদা য়েঙ্গাং পাল্লম্মী, উকুনা ফি ওইনা শেংলম্মী, তুরেলগী তোর্ব্বান খোংপদা সনা, লুপা, মনিমুক্তা থোব্রম্মী, অভাংসু পোকপগা হোগক্‌না চংলম্মী ; নাদে, য়েক্কে, শিদে, অব্রাবা অব্রাংপা লৈরমদে। অওইবত ভাংনরম্মী, অশাওব অপাম্বা মিহোবা পুম্বা থুহুম চল্লম্মী, ইষ্টদেববু পুক্সিঙ চঙনা নিঙলম্মি। স্বর্গদগী মর্ত্ত্যনা হেন্না হুংঙাইবা হেল্লম্মি, বেদ, পুরান আগমগী ব্রায়েল চুন্না চংলি, লুহোংবনচিংবা কুম্মৈদি য়াম্না তোইনা থোকলম্মি। গোলুক্কী মবুংঙোনা জীবপুন্নমক ব্রায়েনগে খন্দুনা ব্রহ্মা শিব অনিদা য়াথং পী—“নবভানি চংলো ! পৃথিবিদা শিব, নাবা কুম্মৈ ফিযোং, লুহোংবা মথল নাইনা শিন্নুচো। অব্রাব কর্ম্ম তৌরগা ব্রাহল্লু, কর্ম্ম ফরগা হুংঙাইহল্লু। মাগী মাগী মওং মতুং ইন্না গ্রহ থাজিল্লু মহুগী কোব্রবা ব্রায়েল পীয়ু। সনা, লুপা, মণি ভাংনা পীয়ু, পুক্সিং ব্রাহল্লু, শাওহল্লু। মাগী মাগী ইষ্টদেব পূজা তৌববু অণোইবা ওইহল্লু। উত্তম, অধম মধোবম নাইহল্লু, পাপ তৌবা মীবু ব্রাহল্লু, পুন্য তৌববু হুংঙাইহল্লু। পত্তালগী জীবনা মর্ত্তলোক ফংলগা, মর্ত্ত্যগী মীন স্বর্গ ফংলগা পুনর্য চেনবা অফবা ওইহল্লু। স্বর্গদা লৈবনা পাপ তৌরগা মর্ত্ত্যদা পোকসন্নু। মচং চুন্নগা গোলুক্সিংবা ফংহল্লু, মপা, মমা, মচা, মরূপ মপাঙ হুংশিনহল্লু। মথোয়শিংভু

কায়নরগা য়'ম্না ৱাহল্লু। গুরু শিষ্য মথংশিংনা ব্যবহার খণ্ডহল্লু, গুরুবু ঈশ্বরগুম থাগৎলু। সেবক লুনা তৌহল্লু। ঐবু নিংববু বৈষ্ণব ওইহল্লু, বর্ন মরিগী মওং নাইহল্লু, বেদ পুরানগী মশক মওং খণ্ডহল্লু। ঐস্নু যুগ যুগ খুদিংগী মওং মওংগী অবতার তৌদুনা জীববু উদ্ধার তৌগনি। হরি ঐগী অংশনা অচৎপা চত্তবা যুগ অমদনা অভাংবা, যুগ অমদনা অচৌবা অস্নুম্না মখল মখলগী অবতার তৌগনি। চত্তবগী মওংদা শালগ্রামগী রূপ্ত লৈগনি। অমুকস্নু মেমানব সন্ন্যাসি রূপ ওইগনি, অবতার খুদিংমক তোংভানবা অমমম্নি হায়না খনবদি অফবা ওইবোই মওং অস্নুম তৌনা মহাদেব নওগা ঐগা যুগ যুগ খুদিংগী অংশ অংশি ওইদুনা পুমিন্নগদবনি, ব্রহ্মাদি মচাগুপিগী শ্যাপ লৈবনা পুজা ম্নাররোই অদুবু মাস্নু অদুক হান্না কোংত্রবস্নু মহাক্কী মতেং পাংগদবনি। অস্নুম্না শ্রীকৃষ্ণনা য়াথং পীবিরে।

ব্রহ্মাগা মহাদেবগা মর্ত্যদা লিঙ্গ লিঙ্গনি তাপসী মাইবা মাইবী ওইদুনা থুংলরে। শ্রীকৃষ্ণনা আগষ্ট মুনি কোদুনা, বুদ্ধচার্য্য ওইনা গুরুগী মশক লৌদুনা অবতার তৌরুরো। মথাগা নোংপোক্কা লোম্নবসিদা বেদ, আগম পুন্নমক য়াম্না কলপনা তৌথোকই। থবক মখল মখল তৌহল্লু। হরিগী য়াথং তাবদা আগষ্ট মুনিনা হায়—অফবা থবক মাঙহল্লবদি হরিগী গুন ময়েং তাবা ওইরোইদ্রা? মী খুদিংমক মুর্খ ওইদুনা তোক্লোইদ্রা? শ্রীকৃষ্ণনা খুম্মি—নং নপুক্লিং চিংনগনু; জগতকী মঙ্গংদা অবতার তৌদুনা লৈগনি। ৱাখল লৈতবনা শা উচেক তীল কাণ্ড ওইনা পোকচগনি। পুন্নমক থাদোক্কুনা ঐতবু অথোইবনি খনবা মীদু অথোইবা ওইজগনি।

য়াথল লৈবা মীহুনা গীত। ভাগবতকী মতুং ইমা ঐমু থিজহুনা হুংজাইবা ভুগ ফংজগনি। নহাক্কী কলপনা সাস্ত্র পুখোকউ। অপণ্ডবা মীনা নঙগী কলপনা সাস্ত্রদা পামশিন্দুনা ঐমু ফংদনা মশক খণ্ডনা নরক্কী ভুগ চাহল্লু। ভক্তিগী লাইরিক পামহল্লু সক্তিগী লাইরিক লস্মীদি য়ানা ফংহল্লু। য়ান থিবা মীদা বৈকুণ্ঠ ফংহল্লু। উত্তম, মধ্যম, ষেশ মীশক অহুম মাইহল্লু। অসুমা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংদগী আগষ্ট মুনিনা, মাগী কলপনা বুদ্ধ ধর্ম্ম হৌদোকখি।

অসোমদনা ব্রহ্মাগা মহাদেবগা মথুত্তা শরিক পায়হুনা ফিরুক থুমজিন্দুনা, মঙক মরূ হাইহুনা "রিরি রিরি" হায়হুনা মিংকুপ খরমা লাইগী মরোল লোল্লি; মিংকুপ খরনা মীরোল লোল্লি। লোল ময়ামসি তিনশিন্নরগা "আসা আসা" হায়না প্রসদ তৌই। মাংদ আসন থাই, হৈথাগোক মনা, হৈ, লৈ য়াওনা শিবপূজা তৌই। হঙ্গদোরিবা মীয়াম্না কোইশিল্লি। হুপী অমনা মথুং লোন্নহুনা হংজৈ—হে তাপসি ঐগী ইপুরোইবা লাংকৈ চংখিবহুবু করম্বা কান্দা লাকদগে? তাপসীনা খুম্মী—হে খোয়াংলবী! হজিক থুংলরে, নপুরোইবহু পীল্লসু চংলো! মথুং ন্যাম্মনা চৈঙ্গ পায়, মথুং নাম্মনা ছাটিন পায়। মমল নাইস্রবা মনি রতন লাক্তা পুরকই। খঙজো হায় ভাইবং!! খুদক্কু মক্কুদা হুপীদা ময়ুমদা য়াম্না লাণ্ডক্লনা চেনখি। হায়রকপা খুদিংমক শোয়রমজে। ময়াম খুদিংমক রা রা শন্দোক্রে। "লাইকাও শোয়বা লৈজে; হায়রিমখৈ শোয়দে"। ময়াম্না "ওইখোক্রা অমনি" হায়না ঙক্লগ্রে। হায় হঙ্গদুবগী মহৈ মহৈ ইম্নরে। অমুন হংজৈ—মুহায়েয়

ঐগা নিংজরিবশিবু থুঙ্গদরা ? তাপসীনা'খুম্মি—হে তাইবং অপংবা। ঐবু অচম্বনি খনবরা ? নঙনা নিঙলিবতু ঐ হায়বিগে—নখোয়গী মমাং মায়কৈদ লৈশাবী অমা লৈবতু নঙনা লুহোংতুনা লৌনিঙই। মপানা নঙোন্দা পীনীঙদে। কণ্যাসি নঙন লৌবা ঙম্লোইদৌরি। থুনা চংলূ ননাও পিশক অমা তুমহৌবতু লিন্না চিক্কুনা শিগদৌরে। য়াতু তাবদা হুপাতু চেম্লকই মান অস্মুম খল্লি! করমতৌনা খঙলিবনো ? ঐনা থুপ্ন থম্ববু মান মীমাঙদা হেক কোংদোরকইদা! মযুমদা চঙতুনা অঙাংতু য়েংই, লিল অমা চঙলক্লম্মী! চৈ পায়তুনা তান্নোকই। সভাদা মানা লাওরৈ—অশোয়বা অমত্তা হায়খিদ্রে, অচুম্বা ঙাক্তা হায়দ্রে।

লিঙ্গিনীনা কমদৌরি—য়াংকোক্তা চেঙ হৈরগা চেঙমিত্তা থিন্দুনা হায়, চেঙগী রেখা য়েংলগা ফাওবদা শোয়ব অমত্তা লৈতে। দেশ দেশতা নিম্নরে, অঙকপা ফংনরে। নিংথৌনচিংবা কয়া কয়া লাক্কুনা অনিঙ অনিঙবা হংলরে। নিংথৌশিংনা হংই—লিঙ্গিনী, তাপসী! নখোয়নি কদায়দগী লাকপনো ? কনা কনানো ? অনিনা খুম্মি—তাও নিংথৌ শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংদগী মর্ত্যগী হুংঙাইবা য়েংলুগে হায়তুনা ঐখোয়নি লাকপনি, কৃষ্ণগী মনাই ঙাক্তনি। ঈশ্বরগী পাও পুরকপনি। নিংথৌশিংতুনা হায়—ঐখোয়গী হুঙাইতবা করিসু লৈত্রে; শিদ্রে, নাদ্রে। অনিতুনা হায়—নখোয় মীগী অরাবদি অতুনি, নরক্কী কুণ্ডগুম্বদা নখোয় লৈরে। মী হায়বা নখোয়সে ব্রহ্মান শেম্বনি। অতুগুম্বা ব্রহ্মাতু শিবা সাই। অহানবদা লাই হিংচাবগী লানদ য়াম্মা য়ারম্মী, মমৈদা লাইনা জয় ওইতুনা হুংঙাইবা ফংই। অহানবদা য়ারগা মমৈদা হুংঙাইবতুবু হুংঙাইব

কৌই। মতুগী মরমত্থ হায়গে তাও—চান্নবা চান্নবী অনিসি হুতিগী ক্রিয়া ওইরবদি অথেংবা হুংঙাইবা ওইদে। মতম কুইন কায়ন-ক্লরগা ফংবা ক্রিয়া অতুদি পুন্নমক্কুগী অহেনবা হুংঙাইবা অপেনবা ওই, রসকী পান্দম লৈত্রে মহারাজ! নিংথৌশিংনা হায়— হে তাপসী করম তৌরগা হুংঙাইবা ফঙ্গদগে? অসুম তৌ হায়বত্থ ঐখোয় তৌরগে। ময়ামগী ব্রাত্থ তাবদা লিঙ্গিনী তাপসীনা হায়— মীওইবা হায়বসি মাগী পুন্সি লোয়রগা শিগদবনি। ময়াম্না হায় — শিব হায়বসি করম তৌবগে? অনিত্থুনা হায়—শিব হায়বসি, হকচাংদা থরাই য়াওররোই, হুংশা শ্বর হোল্লরোই, মিহুল চোংল-রোই, উতুপ তাবগুম হকচাংসি তাত্থুনা লৈরগনি, শিরিবত্থুগী য়ুমদা মী তিনগনি। নিংথৌশিংনা হায়—মরুপ মপাং তিল্লগা করি তৌগনি? অনিত্থুনা থুম্মী-ময়ামত্থুগা শিরিবত্থুগা অমুক তিন্নররোয় হায়ত্থুনা মাগী মমা, মপা মচা, মরুপ মপাঙশিংনা কপ লাওগদবনি। হুমিত্থুদগী মাবু উররোই হায়বগীদমক ময়াম হুংঙাইতবা ফোংদো-ক্কনি, ব্রামিন্নগনি। ময়াম চঙত্থুনা মৈ থাগনি, অশিবা মশাত্থু। বেদগী মত নিয়ম মতুংইন্না হুমিংথুদিংগী পিণ্ড পীগদবনি। চাবোকপগী য়ুম্মাংবা, অশিবগী য়ুর্ম্মাংবা ব্রায়েল চুন্না তৌগদবনি। শিবদগী য়ুমশেঙত্রিবফাওবা অহীং হুংথিল ঙাইত্থুনা লৈগদবনি। তরানিথোইনিদা য়ুমশেংগদবনি। মতুংদা শ্রাদ্ধ শোনগদবনি। দান তৌগনি, সৎ গুন ব্রহ্মণবু ভোজন তৌগনি। থা অনিগী হোনবী তৌগদবনি। শিরিবত্থুনা অঙাং ওইনমুক পোক্কনি। শিরমদাইদা ব্রাই, পোক্লগা হুংঙাই। শ্রীকৃষ্ণগী শম্বন্ধদ কর্ম্ম পুন্নমক তৌগদবনি। মাগী সধর্ম্ম কায়দনা কর্ম্ম তৌবা মীত্থু

অতাংবা ওইগনি। মাগী ধর্ম্মগী মতুংইন্না লৌউগনি ষম্বোৎ খোইগনি। লৌউবদা ন্নারগা হুংঙাইনা চাগনি। ন্নানা তানবা শেন্দো ঈশ্বরদা কৎকনি। ন্নাবগী মতিক মহৈ ফঙ্গনি। নারগা ন্নারবা কান্দ ঐখোয়গী মত চৎপা কাঙবুদ হঙ্গনি, ঐখোয়না মতুগী প্রতিকার তাক্কনি, মতু তৌখোক্লগা অন্নাবতু কোক্কনি। ঐখোযনিগী বিদ্যাসে মরোল অহুমক্তা শন্দোক্কনি। ময়ান্ন হায়— তাকপীরিবা পুন্বা য়াজরে, থবক্তি করন্না পাঙথোক্কনি। ব্রহ্মা, শিবনা হায়—অতুদি বর নিয়ু! ময়ান্না বর নি—"সিদ্ধ পাঙরগে" হায়তুনা, শিব ব্রহ্মানা "ফরে অতুদি ঐখোয়না তাকপা মতুংইন্না শিদ্ধ পাঙরো" হায়না তাকখি।

অসিগী মতুংদা শিব মহাদেবনা লৌ উতুনা কৌ পুখোক্তুনা চানখি, অসুন্না ব্রহ্মা শিবনা ইনৌ নৌবা সৃষ্টিসি শেম্নগা অনিমক লেঙখি। অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা লেঙতুনা নন্দগী মচা ইবুংঙো ওইনা অবতার তৌখি; পুরনার লিংখতুনা অয়াম্বা লিলা শান্নখি। মহাদেবনা মধুপুর ঙাকখি। মহাদেবগী থৌজান্দগী নন্দি ভৃঙ্গিগী শক্তিনা ক্ষান্তিশিল নিংথৌ ওইনা পোকখি নন্দি ভৃঙ্গিগী অংশ অমনা বান ওই। অসুন্না হরিগী লিলানা বর্দ্ধ ওইতুনা চাওখৎলকখি। শ্রীগণপতি গণেশনা মথা হায়থন্নকই— হে! ক্ষান্তিশিল মহারাজ! শ্রীভগবান কৃষ্ণনা শিনখিবা, শান্নখিবা লিলাবু নঙোন্দা বাথ্যা তৌন্নিবসিনি। মতাংসিবু তাজরবদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফংই।

রাম সর্ব্বেশ্বরগী মচান্নুপা সঙ্করাচার্য্যনা লেংবা বায়ু পুরানগী তন্নেৎ শুবা অধ্যায় মতাংসিদা লোইরে। ॥×॥৭॥×॥

হুভশিংনা হায়— গণপতি ! মথংশিদা, মতুংদা ওইরক্‌পা ক্ষান্তি দেবী অনিগী ৱারিদো চিথদনা ননাইদা নীবিরে। ! গণেশনা হায়রকই--হুংশিং নিংথৌ ! করতয়াগী তোর্ব্বান, নিঙথিবা বনগী মহুংদা ; থাগ, নোংইনগা ; খোইমুগা, খম্বালগ ; পান্দম অমদা শিবগা, দুর্গাগা বিরাজ ওইবগুম ক্ষান্তিশিলগা সুর্য্যমুখিগা অহিং হুংথিল অনিদ বিরাজ ওইরি। মনাক্তা শখিশিংনা খোগল তোহ্নবা হুংঙাইনা লেপ্লি। সুর্য্যমুখিনা ক্ষান্তিশিলদা হঙ্গৎলি—ৱাখল মুন্না খনবিয়ু মহারাজ ! ইপা অমদি ইবুংশিং পাঙ্গনবা ঙাক্তনি। মীনি হায়বগী চিংনতনা ইবুংঙোদ ননাইবু পীদবা তারবদি য়াম্না জঞ্জাল ওইগনি। লৌশিং লৈবা মীনা থবক থোক্তিৃঙৈদা থৌরাং চাওনা তৌথোকই। খঙদবনা অমম্বা চৎপা কি অখঙবদনা করিম্ভু লৈতনা থোকই। ভুংগী ৱাখল লৈতবা, জ্ঞান লৈতবা মীনা অন্নাবা ঈপাক্তা তাই। মরম অসিনা মাঙ ভুঙ য়েংনা চেকশিনবিয়ু। ৱাজ কন্যাগী মন্না তাবদা ক্ষান্তি মহারাজনা মবেম্মা সুর্য্য মুখিবু মতম্বাক্তা পমহ্নবা "হুংঙাই ইবেম্মা ! ৱাজ কন্যানা জ্ঞান নিতিবু নিংশীঙ-হন্দুনা ঐবু চেতন ফংহল্লে।

## লোইরবা

য়েঙগদবা:- "গণেশ বায়ু সংবাদ" (বায়ু পুৱানগী) আদি পর্ব্ব তঞ্ঝায় অমা মতাং অসিরাইদ লোঈজরে। ৱারী অসিগী অহানবা শরুকী লেমহৌরিবা তঞ্ঝায়গা লোয়নন দ্বিতিয় খণ্ড অমসুং শেষখণ্ড ( তৃতিয় ) হায়বদি অনিশুবা অমসুং অরোয়বা অহুমশুবা শরুক থুনা ফোঙনবা হোৎনজরি।